# ৱাহৈ ।

ঐখোয় মীতৈসি ঈনাৎ কাওঘিবা, ঈশানা ঈশাবু মশক থংজদবা হায়'ছমক য়োরে । মাসি শান্তদাস গোষাইনা ইনশিন্দুনা, পামহৈবা নিংথোনা লাইরিক মৈ থাঘিবগী তেকচাক মহৈনি। থাইনাগী অহনশিংগা থরা থরা শম্নহোরিবা মীরোন অসি মুং-প্রবদি, মীতৈগী ঈনাৎ অসি, নহারোলশিংনা পুমকাও কাওঘিবা য়ানা লৈরে । মালেমথক অসিদা, মীতৈ কৌবা মি থোন অমা লৈরিবসি ঈনাৎ অছুনি । মীতৈগী ঈনাৎ হায়রিবসি— থাইনদি চৎনরম্বা, হৌজিক্তি চৎনরেবা, রারী ওয়না লৈরবা অমা নত্তে। থাইনাদগীনা হৌজিক ফাওবা কায়দনা চৎলিবা; অছুগা রারী লাইরোন ওয়নস্থ লৈবা অমনি । হৌজিকী মতমদা— ট্রেডিশন অমসুং কলচরগী আসপেক্ট হায়রগা থংনরিবা অনিমকতুনা চংছনা লৈবা ৱাহৈ অমনি । কলচর য়াওপ্রবদি, ঈনাৎ অছু ৬সিগী চাওখংলবা মতম অসি ফাওবা হিংছনা লৈবা য়াবগ্নোই । ঈনাৎ হায়রিবসি মীতৈ কৌরিবা মিং অসিগী থোৱাইনি । অছুনা ঈনাৎসি শিগ্রবদি; মীতৈ হায়রিবা ঈরূপ অসিগী মথরাই পানদে। মরম অদুনা মীতৈ ঈনাৎ অসিবু তুংগী য়ুম্বী ওয়হৌগদোরিবা মহারোনশিংদা উৎথোকচনিংছনা, মীতৈ ঈনাংকি শরুক থরা ইজ-থনি। অনৌবা লাইরিক অমা থোরকপদা, মহাক মহাকী থংজবা অমসুং অপাম্বা অতুগা চানক্রগা ক্রিটিসিজম হেক্তা পিবা সাধারণ পাঠকনা লৌতবা নত্তে । রসিক, গুণী, জ্ঞানী পাঠকশিংনা ঐখী

নোমজন্নিবা পুকনিং অহুদং লোৎথংপিরগা, অরাৎ অপা মেৎশিন-বিৎনা, তুংদা লাকদোরিবা মীরোনশিংগী মরল ওয়হুনা লৈহৌর-বদি ঐনা নোমজবগী মহৈ য়াম্লে ।

ঙথেম্বপা বোকুল
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই
ইম্ফাল ।

---

## শেংদোকচবা ।

রাসনৃত্য অমস্থ লাই হরাওবা হায়না থাবা ১বা লামাইদগী
৪ শুবা লামাই ফাওবগী য়ারেং অহুমদি, তোংতাম্না
য়াহৌদোক্কুম্না লৈগদবনি । অহবু লাইরিক্
নম্মকপগী শিন্দোক শিনজিন্দা লাইরিক
মশাগী মফুং চনল্রে । পাবিরিবা
ইবুঙো হবেমাশিংনা য়ারেং
অহুমদি মীতৈ ঈনাৎ-
তগী থায়দোক-
পিয়ু ।

---

# হীরম লামাই।

| হীরম | লামাই |
|---|---|
| রাসনৃত্য অমস্থু লাই হরাওবা | ১ — ৪ |
| উমংলাই অমস্থু য়ুম্লাই— | ৪ — ৮ |
| উমংলাই হরাওবা— | ৮ — ৯ |
| লাই হরাওবগী থরা :— | |
| লৈহৌ-মাইবী জগোই, পরিং লাংশং জগোই, | |
| শেন্দ্রাই জগোই, লৈত্রাই জগোই. নোংত্রাই জগোই, | |
| লাইপৌ জগোই— | ১০—২৬ |
| লাই হরাওবগী মতম— | ২৬—২৮ |
| মোইরাং থাংজীং হরাওবা :— | |
| খম্বানা লাংবা, নোংবান্না লাংবা, খম্বাগী লৈহেকফম, | |
| নোংবানগী লৈহেকফম-- | ২৯—৪০ |
| থাবন চোংবা :— | |
| মপুং চোংবা ; লাইরেন মথেক ; কেক্রেক কেক; | |
| মিকোন থাগোনবা— | ৪০—৪৮ |
| চৈরাওবা অমস্থুং শরোই থাংবা :— | |
| সন্নমহী য়ুরাংবা, ডামু উশিন— | ৪৮—৫৫ |
| কাং শানবা— | ৫৫—৬০ |
| শনজেন কাংজে— | ৬০—৬৬ |
| হীয়াং কুমৈ— | ৬৬—৭১ |
| কুন্দা লাইক— | ৭১—৭৫ |

—:০:—

ভানা থুনজিনবা ওন্বা হৌনদে। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগীদি মণ্ডলা উথিবা পূন্নমক ভাইবংদা পানসিনবা ওমখি হায়রম্মি। অতনদি নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মণ্ডলাও অসি, মীতৈগী লাই হরাওবগী জগোইবু কৃষ্ণ ঈবুঙোগী রাসনৃত্য ওয়না নিংথৌগী মণ্ডলা মণ্ডপা ভারে।

লাই-হরাওবগী জগোইদগী মীতৈদা চংনরিবা রাসকী জগোই মরোং অসি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা শেমখিবনি হায়রবদি শাগ্রিবা জগোইগী শাথেকশিং অসিনা নাক্তেপুতে ( যুক্তি প্রমান ) চপ চানা থোকই। মাস্থ নত্তনা রাসনৃত্যদগী লাই-হরাওবগী জগোই থোরকই হায়রবদি উহা রাংদবা উচনগুম্বনি; পায়রুবদা শং নাহোকতুনা ভাজিনি। করিগুম্বা রায়েন অহগী মতুং ইন্না থরবা নত্তনা ঐনা ঐনা [illegible] হায়নবনস্থ চংনবা নত্তে। লাই হরাওবা অমসু রাসনৃত্যনা, মীওয়বনা করি ভাক্লিংগে য়েংসি—“রাস” হায়বা রাহৈসিনা মীতৈরোন্দা “হরাওবা” হায়না হন্দোকপদি য়ায়। অদুগা, করম্বা মথনগী কনানা হরাওরিবনো? অসিনি থরগদৌরিবা কৃষ্ণনা শানরিবা রাস লীলা অসিদি মরুপী থবা ( পরকীয়া ভাব ) নি। কৃষ্ণ ঈবুঙোনা ভাইবংপানবগী মপু অচৌবগি হায়রিবা কৃষ্ণ ঈবুঙোনি। কত্তবু মাংহনগে, অকবু কনবিগে মীওয়ববু ভুরীগে হায়দুনা ভাইবং মপোক ওয়না পোক্লকপনি হায়রগা মীওয়বমকস্থ চংপা হৌনরবা, অতৈমস্থ য়াত্রবা, ব্রজ গোপ পুন্নমগী গোপী পুন্নমকপু মরুপী থবা হৌনরা? ব্রজ বৃন্দাবন লান্ মচেৎ থরকং অদুগা, কুপী মচাগা হন্নবীগা থায়রেঙ্গা ঙৌরাংবাং গোপী [illegible] জোটি ( কোটী চাম্বা ) লৈরমগরা? বৃন্দাবনগী [illegible] শ্রামদি

হায়রিবা কুমৈ মরোং অসিদি তাইবংপানবদা লৈরিবা মীওয়র্বনা চংনবা য়াদবনি, মচৌ ওখা য়াবা কুমৈ মরোং নত্তে। মপুনা ভাওরবদি মনাইশু ভাওখনি। বৃন্দাবনগী রাস্নীপরেং অসিদি— লাইনিংলম্বীগী রাদি। থৌরাই, দি ( জীব. আত্মা ) অনিনা লেমফুদা শানরিবা কুমৈবু বৃন্দাবনগী রাধা কৃষ্ণগী রাসলীলা কৌদুনা মশক পানবগুনি। নোংলুকপা, মুংশিবা ( প্রেম, ভক্তি ) মচিংবা পুক্নিংগী মরোংশিংবু ললিতা বিশাখানচিংবা সখি নিপাল ওয়না পানশিনবনি। যোগ ভূমিগী—মধুমতী. মধুপ্রতীক, বিশোকা, সংস্কারশেষা হায়রুনা মথং মথং কাখৎলকপদা মরিগুবা সংস্কারশেষা হায়র্বসি য়োংরক্লবদা. ঐনা ধ্যান তৌরি হায়বা কাওবা কাওগ্রবা, পুম্মুন মুনগ্রবা মতম অচুদা, জ্ঞান ইন্দ্রি, কর্ম ইন্দ্রি পুম্নমক্কী শিংলী পুম্নমক্কা বিষয় পুম্নমক কাওখিদুনা চুমদ্রিং লেমফুগা হকথেং-নবকপা ( আত্মা জ্ঞান ) অহুবু, গোপী খুদিংগী কৃষ্ণ অমমম চোংথোকতুনা অগোই শান্নিরবা ওয়না মশক পানবনি। জ্ঞানগী আধার ওয়রিবা লেমফুগা শয়রিবা শিংলী তাংলী পুম্নমকপু গোপী চা কোটী হায়না মশক পানবগুনি। তাইবংগী ওয়বা ঐগী ঈশু, ঐঈ ঈশ্রা হায়দুনা অপাম মুংশিগী অপুনবা অসিদগী নাহোকতুনা লাইনিং লম্বী তান্নকপবু; পান্নরিবা ভু রাজগী হেন্না থৌরাংশিনবা মরুবী থবা ওয়না পান্দুনা, মপুরোইবা লৈবা ফুগীনা, মরুবী ঊমনিদুনা ঈকাই ঈদি নাহোরকপগুম, লাইনিং লম্বীদা করম ইনশিন্নগনা মপু ইথুরোবু কংগনি হায়বা হৌকপনি। পুম্নমক অসিবগী কথা অনী—কৃষ্ণগী রাসমণ্ডল অসিদি লাইনিং লম্বী

তালকপগী রাখুল্লোন ( এসথেটিক্স ) অমাদগী থোরকপা ঙগোইনি। অমুকস্মু মীতৈ গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা গোপী ভবতা কৃষ্ণবু নিংগনি হায়রিবা লাইনিং লম্বী অদুনস্মু ময়েকশেংনা অদুমক তাকচারবনি। রাসনৃত্যগী মরমদা শ্যাংথক্লবা ঐগী ইথৌ নত্তে। ঐগী কান্নগদবা অদু ফাওতনি ঐনা পুশিল্লরক্লীবা।

## উমংলাই অমসু য়ুমলাই।

উমংলাই হরাওবা মশক থংগে হায়রবদি, উমংলাই করিনো হায়বা হান্না থংঘিবা তাই। উমংলাই মশক থংদনা হরাওবগী ঈচেলস্মু থংবা ঙম্মোই। লাই হরাওবা হায়নরি রাহে অসিগী মতুং ইন্না লৌরবদি লাই অদুনা হরাওবা ওয়না থোকই। অদুগা তৌনরিবা মরোংদি মীনা হরাওরি। রাহৈসিনদি মীতৈরোম্নিনা মা মাগী রাথন্না ফংবদু পংহায় হায়নরি। কনাগুম্বনা তাইবংপানবগী চাদা নাওতা শন্দোক্লবগী ইচেম্নি হায়দুনা অকাপ্পা ওয়নস্মু লৌনরি। মাদুগা চাননবা রাহৈ পরেং কয়াস্মু পুশিল্লকই। অদুগা উমং লাই হায়রিবা অসিনা করিগীনো? হরাওরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অদুগীদি লাইশং লৈ, উমংদা লৈবা লাইশং নাপ্পবা লাইদি নত্তে। অদুনদি উমং-লাই-হরাওবা হায়বা রাহৈ অসিগী মমুংদা রাখুল কয়া ফুমদুনা লৈরি। মীতৈনা য়ুমলাই, উমংলাই হায়দুনা অনিথোক্লা খায়। উ+মং ( উমং ) = মিংনা হেক উরিবা লেত্তি পান্নিবা ভেরানবা অসিবু মণ্ডি ( শোণ্ডি ) হায়দুনা, উমং

কৌই। সুমিৎনাময়োন পৌরোন ওয়ত্থনা, থাবী থাবুং অপকপা পুম্নমক্তা লোয়ননা তেংবানবা লেপতুনা লৈবা য়াহল্লি মরম অদুনা সুমিংপু উমংলাই কৌই। উমংলাই চাহুম হুমফুমাথোইনি।

মতম্না পোকপা সুমিৎনি; অদুবু মীওয়বগী চৎনবী মতুং ইন্না মতম্বু সুমিৎনা পোকহল্লি। মতমগী মপুং ফাবা মশক্তি চহিনি। চহিনা পোক্ল শির হল্লিন হল্লিন তৌদুনা লৈ। অমুকসু চৎনবিগী মতুং ইন্না চহি কৌবা মতম্না সুমিৎপু পোকতুনা, নোংমা কৌবা মতম্বু সুমিৎ অমা কৌই। সুমিৎ অদু কুন্থ্রানিনা থা অমনি, থা তরানিথোইনা চহি অমা ফাই। মতৌ অসুম্না চহি অমগী সুমিৎ মশিংবু থাদা পাদুনা থংনৈ। অদুনা চহি অমগী সুমিৎ চাহুম হুমফুনি অদুবু উমংলাই চাহুম হুমফু কৌই। মতম্না কান্দুনা চৎলিবা মফমগা থানা উমংলাই চহুম হুমফুমাথোইনি। তাইবংপানববু পোকইবা অপোকপগী মতিক ময়াম্বু মফম অমসু মতম নত্রগা মতম কালৈ ( টাইম এণ্ড স্পেস ) দা হাপতুনা থম্মী। মতম হায়বসি মথল অনি শুই—পোকপা শিবা নায়বা মতম অমা—মিকুপ, মিহুন, নিংসা, পুংজা, য়ুথক, অহিং, সুংথিল, নোংমা. নিম্মাং, নিন্দুং, থা, থারুক, কুম্বী, কালেন, চহি অসিনি। মিকুপ্তগী হৌবা চহিদা লোয়রিবা মতমশিং অসিদি হল্লিন হল্লিন পোকপা শিবা তৌদুনা তাইবংপানবা ওয়দুনা লৈ। তাইবং লোম্না হায়বা মতম অদু য়োরগা পুম্নমক মশাদা তিনশিনখিদুনা মফম মতম অনিমক মশা অমতা ওয়না লৈহৌই। আবুদ্দি করিগুম্বা অমা ওয়না হায়নিঙাই লৈত্রে। মাদনি অরেম্না মাংহবদি।

চহি অমগী মশক্কা, নোংমগী মশক্কা মাৱৈ--নোংমা, নিম্মাং, নিম্দুং, থা, থারুক, কুম্মী, কালেন তরেৎ অসিনা চহিগী মশা ওয়ৗ। মিকুপ, মিহুন; নিংসা, পুংজা, য়ুথক, অহিং, মুংথিল তরেৎ অসিনা নোংমগী মশানি। চহি অমবু মঙাং, লূরাং, খুমন অহুম্মক্তা শিন্ন শিন্ন পুরি। নোংমবুসু মঙাং, লূরাং, খুমন অহুম্না শিন্ন শিন্ন পুরি। চহি অমগী থা তরানিথোইবু থা অমা মথায় মথায়গী চাংদা অইং অশাগী চাং খাইত্না শলাই নিপাল থোক্কা খাইরি। নোংমগীসু য়ুথক নিপাল থোক্কা অইং অশাগী চাং খাইরি। নোংমা কৌবা মতম্সু মশক ওয়না পান্দুনা চহি অমগী মুনিৎ চাহুম হুমফুবু মফমগা থানা চাহুম হুমফুমাথোইনা উমংলাই চাহুম হুমফুমাথোই হায়রনা চহি কৌবা মতম্সু পুরি। পুং হুমফুনা নোংমা শাত্না পুংজানা লৈত্না চৎলিবা মফমগা থানা হুমফুমাথোইনা শারোই হুমফুমাথোই কৌত্না নোংমা কৌবা মতম্সু পুরি। মতৌ অসুম্না মীতৈনা উমংলাই চাহুম হুমফুমাথোই, শারোই হুমফুমাথোই থোক্কা খাইদোকত্‌না, উমং-লাইবুনা হরাওই, শারোইবু শারোই খাঙি। উমংলাই অমসু শারোইবু লম-লাই কৌই। লম-লাইগী মমুংদা শারোইবুদি মশক নাইনা থমদে। উমং-লাইবুদি হরাওরিঙৈগী মতমদা লাইনিংথৌ লাইরেমাগী মশক নায়না থম্মী। হরাওবা লোইরগা লাইনিংথৌ লাইরেমাগী মশক অমুক থমদে।

য়ুম লাইগীদি মশক নায়না সন্নমহী লৈমরেন কৌত্না লাৎলি। মীতৈনা, মিৎনা উদবা লাইগী মওং শাত্না লাত্তে। লাইনিংথৌ সন্নমহী হায়রিবা লাই অসি মিৎনা উবা লাইগী মশক্নি।

মুমিংপু মিংনা উৎ লাইনি হায়ত্তনা মুমিংকী মশক মাগ্না সাত্তনা শাগৈ শাগৈগী পিবা খুদিংনা লাংলি। শাগৈ অত্তনা চাওরক্লগা কনাগুম্বনা অশেংপা সন্নমহী অমসু লিংখৎতুনা লাচ্চবা য়ায়। ময়ূম ফুঙ্গা লিডিবা য়ুম্বুম খুদিংনা সন্নমহীগী মশক নায়না লিংখৎতুনা লাংত্রবসু খুভমদদি ভঙাইফদনা য়াত্তনা থম্লে। সন্নমহী, লৈনরেন হায়বসি মীতৈনা থাদোকপা সুঙম ঙমত্রবা মীতৈগী শাগোন্নরক্লবা লাইনি। সন্নমহী হায়রিবা লাইমিং অসিনসু মুমিংনি হায়বা অত্থমক থংনৈ—মুমিংকী মুংশানা ছী ওয়দুনা তাইবংপানবা হিংনরি হায়ত্তনা সন্নমহী কৌবনি। মুমিংকী মৈশানা খৌরায় পানবা খুদিংমক্তা চংত্তনা মীহীংশং (মৈ) ওয়দুনা লৈববু, সন্নমহীনা য়ুম্বুন খুদিংদা লৈ হায়না থংনবনি।

মুমিত্তগী পোক্লিবা নোংমা কৌবা মতম্সু মফমগা থানা উমংলাই চাহুম হুমফুমাথোই কৌত্তনা হরাওরে। নোংমনা পোকপা পুং কৌবা মতম্সু মফমগা থানা শারোই হুমফুমাথোই কৌত্তনা শারোই থাঙত্তে। মুমিংকি মৈশানা তাইবংদা চংত্তনা লৈববু সন্নমহীনা য়ুম্বুন খুদিংদা লৈ হায়না লৌত্তনা য়ুম্বুম খুদিংনা সন্নমহীবু লাংনরে। ইংখুল ঈচেল অদিদা, খরাই লৈবাক্কী ওয়না লম-লাই হায়বা অমা; পুক্লিং লাইনিংগীদমক য়ুম-লাই হায়বা অমা অনিনি। উমং-লাই হরাওবদা মীওয়ববু, মী হায়বা থাক অদু য়ৌনা কাখৎলকপগী কাংলোন অমসু মঙান্ শুনা য়াওরি।

—:০:—

# উমংলাই হরাওবা।

"উমং লাই হরাওবা" হায়বা রাহৈ অসিগী মহুংদা—মী, তিন, লাই (জীব, জগত, ঈশ্বর) অহুম্মকী তৎনবা লৈতনা শন্নরিবা নরীদু উৎথোক্লি। মদুদি--উমং=মিৎনা হেক উরিবা লেঙি পালিবা উৎথোক্লবা তেংবানবা পুম্নমক (মৈ-ঈশিং-নুংশিং-লৈপাক-হুতিয়া মন্ডামক্লা তিন্নহনা ওয়রবা) অসিবুনি। তিন্নহনা ওয়বনি হায়হনা "তিন' হায়নসু থংনৈ। লাইগী তিনগী হায়হনা লাইগা শন্ননা থংনরিবা অহুবুনি (তিনকাঃ হায়বহুবু নহুবা)। লাই=মশক মতৌ, মচু মমেন, চাউই, পিকই হায়বা মীওয়বগী চীন্না, রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা, তেংবানবা অমসু তাইবংপানবা পুম্নমক্কী হৌরককম মরু ওয়বা, অতিংকোক মরু শিদববু, মঙোন্দদি পুম্নমক অসি ঈলাই লাইনা থোকই হায়হনা লাই কৌই। লৈরমদবদগী লৈরক্লবগী মরম অদুবুসু লাই কৌই (ইন্ লোজিক)। পানি পীনি হায়বা থংনরিবা খুদম অহুবুসু লাই কৌই। (ইন গ্রামার)। হরাওবা=নুঙায়বগী থমথেংবা অহু য়োরগা অরুব-রোমদা অমুক তারকত্রবা অহুবু হরাওবা কৌই। হরাওবগা, নুঙায়বগা অনিসি মশা অমতা নত্তে, তোঙান তোঙানবা পোৎনি। থক্তা, থাগা থেন্নবমুক থেন্নরিবনি—নুঙায়বা হায়বসিদি মপানগী করিগুম্বা পোৎ অমগী মথক্তা নুঙায়বনি। নুঙায়বা মথল অনিথোক্লা থায়দোকসি—(ক) থৌরাঙিবা, মিতারিবা করিগুম্বা অমা কায়াৎ-শিংগা শন্নরগা নুঙায়বহু, কায়াৎশিংনা নুঙায়বা ওৎনা পুক্লিংদা

পিররিবা মুঙায়বা অমা (খ.) পুক্নিংদা হাকথেংননা ফাওবা মুঙায়বা অমা—ঐনা মীতোন্দগী হেন্নে, মথোয় ঐগী ঈথা পোন্নে অসিনচিংবা। মুঙায়বা মথল অনিমক অন্নাবগা লোয়নরি—ঐনা হেল্লিন্দু মীনা হেনগ্রগা ন্নারে; ঈথা পোল্লিবহু মীথা পোল্লগা ন্নাবে; কায়াৎশিংনা থোরাঙিবা. মিতারিবহু ফংত্রগা ন্নারে। মপানগী কুরিগুম্বা পোৎ অমগী মথক্তা মুঙায়রিবা অতুদি অন্নাংপা নায়বনিনা কৈদৌউৎদস্ত পেংল্লাউ; পেন্দবদগী অন্নাবা ওয়রকই। হন্নাওবা হায়নাসিদি থম্মোইদগী থেংকপনি, মঙুংগী পোংনি। থম্মোইদগী হৌরকপা হর ওবগী ঈকুৎ অদুদি অতৎ অথম লৈতবনি, অন্নাংপা নায়দবনি। অন্নাংপা নায়দবদগী ঈপেন্দা পেন্দুনা লৈ, পেনবদগী হরাওবা হায়বা মশক অদু ওয়। পুম্নমক মশাদগী থোকপা অন্নাংপা লৈতবা ঈপেন্দা পেনবা হায়বদুদি ঈপুন্নোই মতোমত্রনি। হন্নাওবতগী মশক ওয়দুনা লৈত্রবা ঈপুন্নোইদগী তেংবানবসি থোরকই। তেংবানহনা ওয়রকপগী লৈহৌ-নোংহৌরোন (কোজমোগোনি) নিংঝাংদুনা, হরাওবতগী মশক ওয়বা ঈপুরোইবু নিংঝাংবনি। মীওয়বনা লাইগী পুকচেল অদু তম্মকনবা, কুমজ্জা ইন্নাং ভৌত্নুনা, হরাওবা লাই নিংঝাংববু লাই হন্নাওবা কৌই। থৌদোক অতুনা, থৌরম্বু নিংঝাংঙি হায়তুনা, থৌদোক অতবু থৌরমগী মদিং অহু থোনবনি। মীনা লৈহৌ নোংহৌরোন নিংঝাংদুনা লাইবু নিংঝাংলে, অতুনদি মী, তিন, লাই অহুম্মকী মরীহু শম্নরে।

———

## লাই হরাওবগী থৱা।

লাইনিংথৌ লাইরৈমাদু হরাওবা তারে, মাহুগীদমক অমাইবী, অমাইবনা ঈরাই ঈনিন তৌহনা ঈশিংদগী লাই লৌথংলি। থবক অসিনা তাকপদি—লাই হায়বত্বুদি ঈরাই ঈনিনগী মশক ওয়না মফম খুদিংমক্তা লৈ হায়বনি। লাইবু, তাইবংগী ওয়বা মিৎনা উবদি ফংদে উদবদগী চিংনগাওবা তাইবং মীনা থাজরগাই হায়হনা ঈনিন ওয়না থংহল্লি। খুদম ওয়না—মি কৌবা তৌল অহুবু উচিখোইনা হাংতোক্লগা, ভংহনা ঈনিন শিরগা মথৌরাই অমুক হাপ্পী। মি অহনা নিংথিবা পুকনিং মতুং ইন্না, মিনা উচিগোইগী মশক ওয়রকই। অহুনদি লাইনা ঈনিন ওয়না তাই-বংদা ফোংদোকই হায়বসি অভবা পোৎশক অমনি। অমইবী অমাইবনা, ঈরাইনা ঈনিন্না, লাই লৈহল্লবদা, পুকনিং লাইনিংগী মুঙায়নবা কোননাই হাপচিন্দুনা মশক নায়রে। অহনা হৌজিক থাঙ্গমক শেংনা লাই লৈরে। মতৌ অসুম্না লাই লৈরবদা, লাই লেংশিল্লবা হরাওবুং মযায়দা লা থাহনা ফীদা থায়। লাই লৈরবা মতুংদা লাইনা তেংবানবা শেমকপগী মরোংবু অমাইবীনা চংনা কোইনা নোইহনা লাইগী মতিক উংথোকপবু লৈহৌ-মাইবী জগোই (কোজমোগ্রাফী) কৌই। লৈহৌ মাইবী জগোই মথল মামী—পরিং লাং শং; শেন্দ্রাই; নোংদ্রাই; লৈত্রাই অসিনচিংবা।

তেংবানবগী মপু ঈপুরোই অপোকপনা তেংবানবসি শেমক-

পদা, শোরারেন অহুম চোংথোরকই মাতবু পারিং লাংশং, হুনবা কৌই। শোরারেন অহুমগী মমিংদি—অতিংকোক; তিংকাকোক, অতিনয়া অহুম অমিনি। পুকনিংগী ময়োন মচী অহুবু তিং কৌই। তিং অহুগী পোক্লককন মক্ত অহুবু তিংগী মকোকনি হায়হুনা তিং-কোক=অতিংকোক (কোজেল বোডী) কৌই। ঈপুরোইগী তেং-বানবা শেনগে হায়না নিঙকইবা পুকনিং মচী অহুনা ঈথক হৌরকপবু, তিং অহু কারক্লে (হৌরক্লে) তিং-কা-কোক (সবটল বোডী) কৌই। তিং অদু হৌরক্লবনিনা য়ারা ঈনিন থোরকই, য়ারা ঈনিন অহুনা তিনশিনঘিবা মকম্বু; য়ারানা তিনঘিবা মফমনি হায়হুনা অতিনয়া (ফিজিকেল বোডী) কৌই। অহুম্মক অসিবু শোরারেন কৌই শোরারেন হায়রিবা রাহে অসিদি—শারীরেন হায়বনি। পুম্নমক্কগী অহানবা হায়বনি। পারিং-লাংশং হায়বা রাহে অসিসু লাইনিংথৌ লাই-রৈমা অনিমক শুপ্পবা রাগেনি—লাইনিংথৌনা পোং থুদিংমক্তা চংহুনা পোং অহুগী মরোং অহু লিংখৎতুনা (ওয়হুনা) লৈবা য়ারিবা পাগী মতিক অহুবু পারিং কৌই। লাইনিংথৌগী মতিক অহুবু ময়ায়না লাংশংনা ফাহুনা থম্মীবা শং (মরোং) পৌগী ময়ায় অহুবু লাংশং কৌই। লাইনিংথৌ লাইরৈমা অনিমকনা তৎন-থানবা য়াদনা লৈরিবা অহুবু; অমাইবীনা কোইনা চংনা নোইহুনা উৎপদুবু পারিং লাংশং জগোই কৌই। মৈতরং, তরংভান, মীহৌংশং অসিনচিংবা মৈরী তরেৎ লৈরি। ঈপুরোইগী মতিকনা, ময়ায়গা [illegible]য়নবা তেংবানবা ওয়বা য়াননবা মৈবী, মৈবা হৌরকপ[illegible]ংহুনা অমাইবীনা কোইনা-চংনা নোইববু শেন্দ্রাই জগোই কৌই। কোরৌ

নোংগা মালেম লৈগা শন্নরিবা ময়ায় পাঙ্গল অচুবু নিংঝংদুনা নোইববু লৈত্রাই জগোই কৌই। মালেম লৈগা কোরৌ নোংগা শন্নরিবা ময়ায় পাঙ্গল অচুবু নিংঝংদুনা নোইববু নোংদ্রাই জগোই কৌই। অসিগুম্বা লৈহৌ-জগোই অসিবু অমাইবীনা শাই। মাইবী মাইবা হায়রিবা রাহৈ অসিমকন্সু, মৈ হায়বা রাগৈদগী-থোরকপনি—মহীদগী মপং তারকপা তাইরংপানবা ওয়রিবনি। মহীবু মপং ওলহল্লিবদি মৈননি। লৈহৌমৈবী, লৈহৌমৈবা অংগী মতিক ময়ায় শক শোম্লি, নোই হায়দুনা মহোয়বু (মাইবা মাইবীবু) মহোয়না তৌরিবা থবক অদুগী মমিং লৌত্তনা—মৈবাদগী=মাইবা, মৈবীদগী = মাইবী তারকপনি। মনৈথংদা মহোয়তবু থংননবা ওয়না অ হাপচিন্দুনা অমাইবী, অমাইবা হায়না থংনরে। অমাইবা, অমাইবী, পেনাখোংবা মহোয়শিং অসিনা লাই হরাওবগী থবক অচু পাংথোকম্মি—অমাইবনা লাইরা শোন্দুনা লাইগী মতিক হাপ্পী। পেনা খোংবনা লাইরোন শকতুনা, হোইরৌ শকতুনা লাইগী মতিক অদু ময়ায় ওয়না চিংথোকই। অমাইবীনা নোইদুনা লাইগী মতিক ময়ায় অচু উংথোকই, লাইপাও হায়। লাই মনাইশিংনা হোই লাওদুনা হরাওবা হৌই।

লাইপৌ নত্রগা লাইবৌ জগোই হায়নরি। লাইদি লাইনি, পৌদি করিনো? থবক অদুগী মমিং ওয়রিবা লোল অসি থংদনা থবক অচুগী মশক থংবা ভম্বা হৌনদে। অহনা লোলগী মতুং ইল্লা শঙ্গতনা য়েংশি। পৌ হায়বসি চৈ মথল অমনি—ঈলচিংনবা পৌয়া, কী ফোনবা পৌ, করিগুম্বা অমা নম্মনবা পৌ হায়রিবা পুম্নমক

অসি অশা'থা চৈ অমত্তু থংনরে। অতুনদি লাই+পৌ (লাইপৌ) অসি, লাইচৈ নত্রগা লাইগী চৈ হায়না থংবা তাব্রিব্রা? অদু শুয়রবস্তু তৌরিবা থবক অতুগা চৈগা থোইদোকপা মরী লৈনদে। অতুমদি—লাইপৌ নত্রগা লাইবৌ ৱাহৈ, অসি, লাইপাও নত্রগা লাইবাওদগী কাইরকপা ৱাহৈ ওয়গনি। তৌরিবা থবকমকস্তু অমাইবীনা—"লাইনিংথৌ লাইরৈমা মনাইশা! লাইনিংথৌ লাই-বৈনা লেপ্তকলে" হায়তুনা ল'ই মনাইশিংদা তাক্লী। লাই মনাই-শিংগী মরক্তা লাইনা লেঙক্রবাদি, লাইপাও পীবা মশানা তাবনি। অংনদি লাইপাও হায়বা অসিনা চুম্বা তায়। অমাইবীবু, ঈমা অনাইবী কৌই। ঈমানা তপ্পীবা পুম্নমক্তা অহানবনি। অমাইবীনা চাথরক্লীবা অতুমক লাইপাওনি। মাতুদি—অমাইবীনা, লাই মনাইশিংবু, কোক্তুগী হৌরকনা হকচাং কায়াৎ পুম্নমকপু পায় চায়তুনা, পায়হল্লি। মাতুনা কোক লেমকুগা হকচাং কায়াৎ পুম্নমক্তা শক্লরী হায়বা অমা নিংঝংহল্লি। অদুগা লোয়ননা শাম্নু কায়াৎ পুম্নমক অসিনা লেমকুবু ঈশৌ লাংহনগঙ্গু হাযবা অমস্তু তাক্লী। মাদু, লাইহরাওবদা শক্লীবা খুলং ইশৈশিং অতুনা উৎলী—

ইশৈ—

লানশোম্বীগীদি লময়াইদা মুমুনা ৱাকৈ পোৎথাভম।
পামুগী লমদম রেঙ্কুবা কুংশিবা লমদম তামছোরো॥
চেক্ল পাইথরবনা পোম্বী হজিল্লকপদা।
চেক্ল কায়দোং থংদনা (থংদহুনা) পোম্বী কণ্ডাওনরেনে॥

শাবীদি ঈনেম মচা পামুবী অ। পামুগী।
চীংঙ্গুং সল্ল-লোক্তগী হল্লক্লো হল্লক্লো দে॥

ইশৈ অসিগী ঈচেন্দি—"অকবা, ফত্তবা য়াথন অনিমক্কা লাল ওয়ত্না লৈরিবা মকম; লোশিংগী মঙান হুকত্রিবা অমম্বা য়াথল্লা (মুপ্না) তৌকন থংবদন পোথাংবুন। লৈবিবা মফম খমোইদা; অসিগুম্বা মঙান অমা ফংএরকই—ঐঙাক্তী হায়ব অপাম খোয়াংবদুদা লুংশখিবনা; ঐবু ফুংশিগদৌবা অদু কাওব্রে। থংগ্রবা (পাইস্রবা) চেক্লগুম্না মনিংতমস্রবা পুক্লিং অত্তনা, তৌজমনগী নহৈ তেকসাক্কা অমাবা নংলক্রবদ, অকিবগী মথা পোন্দুনা পোম্বী-গুম মতু শোম্না পুক্লিং হল্লক্লে। অকিবা পোকতুনা পুক্লিং ফনা হল্লকতুনসু লমচৎ নায়রক্কবা, অহন নাক্কা ফম্মক্তবনা, কন্নম্না চৎথগদগে হায়বা খোঙ্গুনতাবা ঙমদত্তনা কঙাওনরে। মিৎ, না, খোং, খুৎনচিংবা অপাম্বগী মশক্তা ওয়ত্তনা লৈরবা কায়াৎশিংগী, মখোযনা (কায়াৎশিংনা) মিতাবগী শৌলাংলকপদা, পুক্লিং হকচাং অনিমক্কী মপী (শাবী) ওযত্তনা চাংত্তনা পুরগা পুক্লিং ঙাওহন্দুনা হকচাং মযেং তাহল্লি (ঈ মংয়েং তাহল্লি)। মতিক ময়াম্ন পুম্ন-মকপু লেমফুগী মরোন মঙ্গুং য়ৌনা চীংশিল্লগা, অমুক কুয়োম খুদোন ফাওবা শল্লোরকই। মত্তৌ অমুম্না হকচাং পুম্নমক্কী হৌনবুং ওয়ত্তনা লৈরিবা কোক লেমফু (চীংঙ্গুং সল্ল-লোক) অদুবুদি, কায়াৎশিং নখোইগী মিতাবগী থৌরাংবনা ঈশৌ কাংহনগনু" অম্মিনি। অহুনা হৌজিক ইশৈ অসিগা পাওতাক খুনজিনবা

ঙম্মে—পুক্কি. হকচাং অনিমকপু খুত্তম চন্না থমত্তনা লেমফুবু ঈশৌ লাংতনগন্ন; লেমফু ইংলগা অশেংবা লৌশিংগী মত্তাব (সুপ্রীম নোলেজ) অত ফাওরক্কনি; অশেংবা লৌশিংগী মত্তাব অদুতনা অরেপ্পা (সুপ্রীম ট্রুথ) অত মশক থংগনি; অরেপ্পদি লাই অদুতনি। অসুম্না ইশৈ অসিনা লাইগী পাও অমা তাক্লী। অদনদি লাইপাও নত্রগা লাইবাও হায়বসিনা অচুম্বনি; মথক্কী ইশৈ অসিবু, নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবীদা পাদ্দুনা শক্লে। নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবীগী রারীগা, পিরিবা ঈচেল অসিগা করিমতা কাইনবা লৈতে। মাত্থ ঐগী লাললশোম্বী কৌবা লাই-রিক্কগী ফংগনি। য়াম্না থুনা লাইরিক নমথোক্কবা হোৎনজরি।

মীনা য়োংগুম্না; উহৈ-রাহৈ চাত্থনা চীংম্নুং উমুংদা লৈরম্বদগী, মীওয়বা হায়বা থাক অসি য়ৌনবা মপুংফানা চাওখৎলক্লীবা অত্তগী চাওখংলোন (কলচর) অত, লাইপ ও জগোই অসিগী মমুংদা শুনা য়াওরী। মাত্থদি—অহানবদা মীওয়ববু হকচাং কায়াৎ খুদিং-মকপু পায়হন্দুনা, কায়াৎশিংনা, অপাম থৌরাংবা পোকহল্লি হায়বত্থ নিংঝংহল্লে। কায়াৎশিংবু খুত্তম চন্না থমত্থনা লেমফু ঈশৌ লাং-হল্লোইদবনি হায়দুনা পুন্সিরোন তাকপিরে। লাইনিং লম্বী তস্বীরে। মথংদা—মীওয়বনা, লাইনিং লম্বী তান্দুনা থম্মোই শান্নবা হোৎন-বগুম; হকচাং অসি য়োন্নবগী দমকম্মু চাবা চঙি। মিৎনা মশক উরগা, উরিবা পোৎ অত্থগী মহাও অত মিৎনা পুন্নকত্থনা পুক্কিদা পী, অত্থগা পুকনিং ঈথক হৌরকই। উহন্নবদি পুকনিং ঈথক কারক্কদবা অহ্নদগী থাংনৈ। মরম অত্থনা ঈকায় থাংগীদমক

খুমজিন্নবা ফী শেৎপা ভাই। মাত্তুগীদমক্ত লাইশিংনা শনপোৎ খোয়ত্থনা লৌউবা; লাইরেম্বীশিংনা লৌরিংবা; পাম য়ান্দুনা লশিং থাবা লাইপাও জগোই অসিগী মনুংদা য়াওরি। মাত্ত জগোই ওয়নম্ শাই; ইশৈ ওয়নম্ শকই; অমাইবীনা লাইপাও ওয়নম্ হায়। মাংদা শকনবা ইশৈদি—

শনপোৎ লৌনা ইশৈ—

হা নালেম শনপোৎ লৌ
মালেম থিনগাই হৌরেদা
তিঙ্গোই পুমথাং লোম্রেদা
লৌহাশে হৌনরে হে হে হোইতৌ
হায়া নাকেদা হায়া নাকেদা
শনপোৎ লৌনা হোইবদি হোঃ
হোই হোই হোই।

খুলং লৌনা ইশৈ—

হোইতৌ হৈয়া নাকেদা
হোইতৌ হৈয়া নাকেদা
হা খোইনৌ ঈতাশা
চীনথোম ঈবুং ওকনবা
রাহী কাজেমশে।

লাংবন কারবদা শকপা ইশৈ—

হে হে হে ঈয়ো

হে হে হে ঈয়ো
য়ারৌ কারে হে ঈয়ো
লাংবন কারে হে ঈয়ো
খামজ খমলে হে ঈয়ো
চীনখোম ঈবুং ওকনবা
লীকলু লাংজমসে।

টৈশৈশিং অসিনা ভাব্রী—মাহুদি মীতৈনা লৌ উহুনা, চাক চাহুনা, মীওয়বগী মপুং ফাবা লৌশিং কণ্ডকপসি, লাই হরাওবা হায়বা থবক অসিগী অাঃ মমাংদগীনি। হান্নবী হান্নুবনা কৌ শুবদা শুক মংভাল্লা শোরারেন খিনগৎখিহুনা রাংখৎখিত্রেগী মমাং-দগী হৌন'. মীতৈনা কৌ শুহুনা চাক চাক্কপগী রারী লৈরি। শোরারেন রাংখৎখি হায়বা রারী অসিনা ভাকপদি—খুংনা উরুবা নত্তবা, নহৌশানা পিবা মহৈ মরোং চাবুনা, হিংলীক্তৈদদি; চাবা রাত্তবদগী থবক শংবনা কমদুনা নোংচুপ্পা খুমিৎ, থা., অপকভাশিং অসিগী খোংচত্তা য়েংদুনা লৈবা ভমস্মী। মরম অহুনা, শঙ্খোং-লোন (এষ্ট্রোলোজী) য়াম্না হৈরম্মী। মাত্তবু শোরারেন নেম্মম্বা ওয়না হায়বনি। লৌ উদুনা চাক চাক্তৈদগী পুকচাক ভানবা হোৎনবদা অদোমদা কম্না খিজিল্লুবা ভমত্রে। মাত্তবু শোরারেন রাংখৎত্রে হায়না রারীনবতনি। রারী অসিনা মীতৈনা মচীন-তৈদগী কৌনা খুমিৎ থাগী খোংচৎ কাওবা খণ্ডকই হায়বহু ময়েক শেংহল্লি।

খুলং লৌনা ইশৈদা য়াওরিবা "চীনখোম ঈবুং ওকনবা রাহী ফাজেমসে" হায়বিবা রাহৈ অসি তাবদা ক্রুবা মীতৈশিংনা 'য়াম্না ঈকাইজে, পনবা ফাওবা পনহল্লিংদে—তো! হাও মনাং পল্লক্রে। তীল-কাং চাবা, চাকচা কাম্বা, মোংনা থিনা লৈরম্বা অত্তবু তোক্লসি হায়দুনা হিন্দু ধর্ম্ম চংলবা মক্তদা হাও মনাং নিংঝংলক্রে হায়দুনা য়াম্না হঙ্গোইনা তায়। "রাহী ফাজেমসে" হায়রিবা রাহৈ অসিদি য়াম্না লৈবাকমচা তাবগী থুদম্নি—রান' লৌ লি উরে, রারবদি অশাওবগা য়াম্না নকৈন। অশাওবদগী, নচা মরা নবু মৌপরা, কনাগুম্বা কৈবোই লৈকাইগী মনুং নৌপর অমদা রাহৈ খোনভম কল্লুদনবা, চীংশাং লাংবন খোইগী হীগুম থুমখোইবা রাহৈবু ফাজেমসে (চীনদা পুজিমসে) হাযবনি। লাইনা পাম য়ানবা, লশিং থাবা, লশিং মথোং য়ানবা, লশিং চেকপা, লশিং মনবা, লশিং তকপা, লশিং কাপ্পা, মোইথাপ তাবা, মোইথাপ নাযবা, তরোং লংবা, লং মেংপা, লং কনবা, লং হনবা, লংচক চাকপা, ফীহৌবা, খুমাথনবা, ফীশবা, ফীককপা, ফীশুবা পুম্নমক অসি অমাইবীনা লাইপাও ওয়নম্ম লাওথোকই, জগোই ওযনা শাত্তনম্ম উংলি। পাম য়াম্দুনা লশিং থাবদগী হৌদনা ফীশবা ফাওবগী অম্বুক য়াম্বা থবকশিং অসিবু অমাইবীনা জগোই ওয়না উংথোকপা ভম্মী। পুং-শেনগী ইহন মেনজা অহুগী মথক্তা নেং-জুনা শারিবা অম্বুক য়াম্বা জগোইগী লৈরোং (আর্ট) অসিবু অরাইবা থবক নত্তে। মাসি জগোইগী মহৈদা য়াম্না রাংজবা লাকলি হায়না চাওথোকনা হায়বা য়াম্ম।

লাইপাও জগোই অসিগী মমুংদা শাগোল কাংজৈ শানবা য়াওরি। শাগোল কাংজৈ শানবা অসিদি চুম্না শানবা উৎপত্তা মক্তুম, য়াম্না য়াংলবা য়াস্ত্রোন (ফিলোসোফী) অমনি। শাগোল কাংজৈ শানবদা পায়রিবা কাংজৈ অতুগী মমিং কাংহু কৌই। কাংহু হায়বা য়াকৈ অসি কাংগো হায়বদগী শমজিল্লকপনি। মুমিৎকা লোয়নবা থোকপা মতাং ওয়দুনা লৈরিবা অমম-অঙাংনগী (কোজমিকেল) থবক অসিবু শাগোল কাংজৈ শানবা ওয়না পানশিনবনি—কাংক্রম্বু থোম্মীবা কাংজেগী চৈ অহুনা লাইনিংথৌগী মশকনি (সিম্বোল)। পাংসিবা উপল (উপাল) অহুনা লৈমরেনগী মশকনি (সিম্বোল)। লাইনিংথৌ লাইরৈমা অনিনা তিম্মরগা ওয়রিবা, তেংবানবা অসি কাংথোরকই (ওয়রকই) হায়দুনা লাইনিংথৌ লাইরৈমা অনিমকী মশক লাক্লীবা চৈ অমসু উপল অনিহুনা পুল্লগা, কাং+হৌ =কাংগৌ=কাংহু কৌই। লাইনিংথৌ লাইরৈমা অনিনা পুল্লগা তেংবানবা ওয়বা য়ানদবা থোমজোরকইবা (কুমোয়রকইবা) মতিক ময়াম অহুদি মুমিৎনি। অহুনা মুমিংপু কাংক্রমগী মশক ওয়না লৌবনি। মুমিৎকা লোয়নরিবদি হুংশানি। অহুনা কুংশাবু মুমিৎকী মশাগা কোম্নবনি হায়দুনা শাগোল কৌই। মুমিৎনা থোরকপবু মুংশানা হাম্না উই, মুমিৎনা তাথিবদা মুংশানা কোনহৌই। মুমিৎনা তাথিবদা মুংশানা য়াংনা তায়থিববু নিংকাংদুনা, কংক্রম্বু শাগোলনা তায়দুনা শানবনি। মাহুনা অমুক কুম্বী কালেন থংনবগী ওয়না মেয়া কাজৈ হায়দুনা নিংথমথা চংলকপদা (মেরাদা) শানদুনা, নিংথমথাদা মুমিৎনা য়াংনা তাথিববু নিংথানবে।

লাই হরাওবদা য়াওরবা, লাইরোন ওয়না লৈরবা, শাগোল কাংজৈ শানবা অসিদি মীতৈগী তশেংবা ঈবরি হায়বা লাইরোনদা য়াওরবা, অসিনা খঙে। অসুম্না মীতৈগী ঈরন ওয়রবা শাগোল কাংজৈ অসিবু, সাহেবনা পোলো কৌহনা মালেম শিন থুংখরে। মশাম্না অসিনা ফজবনা, ভসিদি সাহেবনা হৌদোকপনি হায়নিংলে; অয়াংনসু মহোয়না হৌদোকপনি হায়নিংঙনা মুররি। লৈবাক্কী ইবুঙোশিং! বৃন্দবনগী রাসনৃত্যদগী লাই হরাওবা তম্মকপা ওয়রবদি শাগোল কাংজৈসু, বৃন্দবন্দগী তম্মকপা তারিব্র? মুম্না রাখন তৌবিয়ু।

লাইপাও জগোইদা, মুক্না শানবসু য়াওরি। মুক্না শানবা অসিসু চুমতা ইচম চম্না লাক্না-ফানদুনা শানবতা নত্তে; মুক্নাদা ওস্তাক্না রাংলবা পুন্সিরোন (যোগ ফীলোসোফী) অমসু তাক্রি। মাদুদি— মুক=পাঙল+না=পাংথোকপা, হায়বনি। রাখনগা, লৌশিংগা অনি কম্না মুক্ররকপা, মাত্ত খবক ওয়না পায়খৎলকপবু মুক্না শানবা ওয়না উৎপনি। মাদু মুক্না শানরিবা, মুক্নারোইশিংগী মমিংনা তাকই—মুক্না শানরিবসি লারোই, শিংলোই অনিনা শানবনি। লৌশিংগী কাংলুপপু শিংলোই কৌই; অপাম্বা রাখন্না লাহুনা লৈরিবশিং অহুবু লারোই কৌই। মমুংদা রাখন অসি ফুমহুনা লৈবনা, * লারোই, শিংলোই হায়হুনা মশক নারবনি। মুক্না শানবদা মিৎ-না শিংবা হায়বা অমা; খোং-খুৎ শিংবা

---

* লারোদবা— লাহুনা লৈবা=রাখন য়াম্না তম্না তশোইবা; রাখন লেপতবা।

হায়বা অমা অঁনি গুই। মসিনা তাকপদি—মিৎ-না নচিংবা অথবা কায়াৎ মশা ( ওর্গানস ওফ সেন্সেস ) থোং, খুৎনচিংবা পাংথোকপা কায়াৎ মশা ( ওর্গানস ওফ এক্সন ) কায়াৎ তরা অসিদা, রাখনগী ভুংনভগি। রাখন হায়বসিদি মরোন মরোলগা অপাম্বগী মশক ওয়। অপাম্বা অহুনা লৌশিংবু মাংহনগদবগী হোৎনরকই। লৌশিংনা মাথু য়াদে,—অপাম্বা হায়বসিদি অরাবা ওয়কই; পুক্নিং নৈতাননা নৈবা য়াদে; লাইনিং সম্বীগী পম্নি। মতৌ অসুম্না, লৌশিংনা, কায়াৎশিংবু লাকশিন্দুনা অঙাওবা রাখনবু থুদেকতুনা রাখন নৈতাহনগে হোৎনরকপা; অমরোমদা রাখম্না, অপাম্বরোমদা তাওথহনা লৌশিংবু মমহনগে হোৎনরকপা, অনিসিগী মুক্নরকপদা, মমৈদা লৌশিংনা ওমহুনা, খুদোং পুখৎতুনা কাম্রা উপাক শেৎপ-গুম শেৎলে। হায়বদি—অপাম্বদা তাওথহনা অরেম্বদা, থারোমবা হৈদোকতুনা মাংখ্রগদবা ময়োন মচীবু, নিপাথোকনা, কাম্রা হায়হুনা লেমফুরোমদা চীংথৎলকই। অপাম্বগী মশক ওয়হুন্না নৈরম্ববা কায়াৎশিংদগী, অপাম্ববু শেম্বোকতুনা নৈথাদা লংথোকখি। মরম অহুনা মুকনা থারিবা নিপা অহুবু "চৎত্রে" কৌই। কায়াৎ-শিংনা পুকনিং লেংহনবা ঙমত্রে; অরাবা, মুঙায়বা মশা থমভা ওয়ত্রে; পুকনিং চপ লেপত্রে, চৎত্রে হায়বদগী চৎত্রা তারকপনি। মুকনা অচম্বা নতে। লাইরোন্দা য়াওবনা, লাইপাও ওয়না পুথোরকইবনি। অহুগা ওন্থোকনস্থ নিপা থোকপা, ঈরৈবাকী ওন্থোকনা কাম্রবা লন অমনি। অহুবু কী তাথৎপা থবকনি ঈকাই, হায়হুনা নৈবাকী ইবুঙোশিংনা মুখৎলুরে। ঙসিদি, অমুক

মীগী ফী তাখৎপা উরুরগা, মুকনা কাংজৈ থরা থরা পাম্নংক্লী। লৈহৌ-নোংহৌদগী হৌয়রদুনা তাইবংপানবা ওয়রবদা, মীওয়ববু পুন্সিরোন তাকপিরে। লৌউ শিংউদুনা পুকচাক তানবা; পাম য়াল্লুনা লশিং থারগা, ফী শাদুনা ফী শেৎপা, অসুম্না মীওয়ববু মথং মথং চাওখৎলকনবা মথৌ মশিন থাগদবনি হায়বা তাক পিরে। মীওয়না পানবদা য়াঙায়নবা কুম্বী কালেনগী য়ারোন তাকপিরে। লাইনিং লম্বী থংননবা রাগন লৌশিংগী লাল উৎলে। মথংদা তাইবং ঈচেল অসি তৎহন্দদুনা, মপুগী কুমৈ মপুং ফাংহন-গদবনি হায়বা তাক্লক্লী। মখুদি—লাইনা থাঙজ লৈকাই কোইবা, লাই য়ুপী খিবা হায়রিবা মতাং অদুনি। লাইনা তৌরিবা পুম্-মক মীওয়বগী ফংদমজননি। লৈবা খিবক পুম্নমক্তা লাইগী মতৌ তমগদবনি; লাইগী পুকচেন চেনগদবনি। তাইবং মীওয়ববু লুহোং খোংদোংদুনা য়ুম্রেপ কাংখুন মুৎহল্লোইদবনি হায়বা তাক-পিগে হায়বগী দমক, লাই য়ুপী খিবা কৌবা মতাং অসি য়াও-রকপনি। অহানবদা মীওয়ববু পুন্সিরোন তাম্বু, ময়োন মচা অদু পেমফুদা ইংনা থম্মু হায়না তাকপিরবনিনা; তু খিবা, রা-নাইবা হায়বসিগী মথৌ লৈরোইদৌরি। তু রা হায়বমা নায়দুনা য়ুম পাত্রবদি তাইবংপানবা মুৎপা তায়। তাইবং শন্দোকনরিবা ময়োন ফম্বী অদুবু লিকশিন্নু, লৌদুনা থম্মু তাকপিরবনিনা, মতমচানা কাম্নমদবা, থবক্তা মহাকপু (ফম্বীবু) শিজিন্নগনি হায়বা তাকপা পাম্নমু চৎই। অদুনা হৌজিক লাইগী লাইপাও খুল্লিন্নুনা য়েংসি—লাইথুনা থাঙজ লৈকাই কোই হায়রি। "থাঙজ" হায়রিবা রাহে

অসি খাওঙবা হায়বনি ঃ খাঙবা হায়বসি হিদা শিজিন্নৈ। হি হিদেন্দা থঙবু খাঙবা কৌই। অদুনা হৌজিক ময়েক শেংনা খঙে—হিগুম্না ঈশিংদা তাওন্নিবা পোৎ অমনা তাওথরকতুনা খেন্ন-ন্নিবা মকম অতবু হিদেন হায়গদবগী মহুত্তা খাঙঙ লৈকাই হায়রুবতনি। তাইবংপানবগী মপু অপোকপনা, তাইবং শন্দোকে হায়বগী দমক থৌরাইপানবা খুদিংমক্তা চংদুনা “অচংবা” ওয়রতুনা লৈ মহাক্না ময়োন মহী অদুগা ঈরোইনদুনা লেমফুদগী নাওকমদা তাওথরকই। অপোকপনা হি তোংদুনা তাওথরক্লগা তুঙওন্নিবা নাওকম্মু, খাঙঙ লৈকাই কৌবদা কন্নিম্নু কাইনে। হি তোংদুনা তাওথরকই হায়ন্নিবা অসিমকস্নু মতিক ময়ায় অনি লোয়নরকপবু হায়বনি। হি দি, হীঃ হায়বদগী য়াংখোকখিবা ন্নাহৈনি। লাইগী মন্নায়বু “হী” (রান ওফ দি কাইন্ড কুওয়া-লিটিজ ওফ মেটর) কৌই। লেমফুদগী মহী অতুনা ফন্নী কৌদুনা নাওকমদা তুঙঙাবদা লাই অদুমকস্নু য়াওরক্লে। মাদুবু লাইনা খাঙঙা লৈকাই কৌইদুনা মতু খিবা হায়দুনা অমাই-বীনা লাইপাও পিবনি। লাই মতু খিবা হায়ন্নিবা রাহৈ অসিনা, মীওয়ববুস্নু তু রা নায়না মুম্পান্দুনা লাইনিংথৌ লাই-ন্নৈমগী মতিক ময়ার পুদুনা লাক্লবা মীওয়বনা মতিক ময়ার অদু মপুং কানা উংখোকলমদুনা, লাইগী লমন শিংদোক্লমু হায়রা লাইপাও তাকপনি।

রাথনগা, লৌশিংগা অনিসি লমজেন কান্নৈ— রাথনা হায়রি কায়াৎশিংনা, থৌরাঙিবা পোৎ অদুগী মহাওদু, মহাও ওন্না

পুরকতুনা পুক্নিংদা পিররি । পুক্নিংনা মাহুদা পেল্লি ! পেল্লিবতু চংহুনা লৈরিবা "অচংবা" অহুমক্তা পেনবনি । ছিংতুনা লৈরিবা হকচাং অসিদা মাসিংগী খোইদোকপা করিম্নু লৈতে । ছিংলি-ঙৈদা পেনহৌরগা লোয়রে ; শিরগা ইহে তোকই, অমুক চল্লকতুনা য়াওরগদবা লৈতে । শিত্রিঙৈদা পুক্নিংগী পেল্লবা তৌহৌ, মাহুগী দমক তাইবংপানবদা পোক্লকপনি, অমুম । মাকম অসি লৌশিংনা য়াদে— কায়াংশিংনা মপানদগী পুশিল্লকতুনা পুক্নিংদা পিরগা পুক্নিংদা কাওরিবা মহাও অহুদি পেনবা নত্তে, মুঙায়বনি । মুঙায়বা হায়বা অসিদি অল্লাবনা হেক্তা শিল্লি । তাইবংপানবদা রাগে হায়হুনা পোক্লকপা নত্তে । মুঙায়ববু পাম্মবদি ক্লাবদি শোয়ত্রে—পোথাদুনা মুঙায়না কমহুনা লৈরে, মুঙায়রে । মুঙায়রিবা কম্বহু কুইনা কম্মবদি ক্লারকই । অদুনদি অল্লাবা, মুঙায়বা হায়বসি পোংশক অমতদা মতম মতমগী অল্লাবা, মুঙায়বা কৌক্লবতনি । পাম্দম অমগা য়েংসি— লুপা পাম্মে, লুপাহু কঙে মুঙায়রে । কঙিবা লুপা অদুনা পেল্লকত্রে অহুদগী হেন্না য়াম্না পাম্মক্রে; মুঙায়রম্বহু মাংত্রে । মতৌ অমুম্না অপাম্বগীদি পেনবা লৈতবনিনা অপাম্বনা পোরকপা মপান্দগী মুঙায়বা অহুদি অল্লাবনি । পেনবা হায়বহুদি অল্লাংপা নায়ত্রবতদা পেনগদবনি । অল্লাংপা নায়দবা হায়রবদি থমোই মমুংদগী লৌথোক্লবতদা অল্লাংপা নায়রোই । চীংদগী চেম্মরকপা তুরেল মচা মচানা অমুম চাওথোরকতুনা লোক্লাক ঈপাক ওয়খিবগুম; কুপ্পবা রাথুন অমদগী অমুম চাও-খোক্লকতুনা, মপান পোলোই নায়খিত্রবা ঈপুরোই অপোকপগী

মরিদা অসুম চংশিল্লক্লবদি অপেনবগী মশক্তা ওয়ক্লে। অল্লাবা হায়বা লাইথুং অচুনা মশোন্দা চংবা ওমগ্নে। মতৌ অসুম্না, রাখল্লা অরেপ্পা নায়দবা "অপাম্বা" রোমদা চেনশিল্লকই; লৌশিংনা লেংদ্রবা "মুংশিবা" রোমদা চেনশিল্লকই। অনিমক্না তাম্নরক্লীবদি পোৎশক অমতনি— পেনবনি। পেনবা নায়ররোইদৌবা রাখল অচুম্ব অমদগী অমা অমদগী অমা ওম্থোক ওম্থোক্তুনা পেনববু কল্লা তাম্নরক্লী। লৌশিংনা চুমত্রিং থমোইগী মনুংদা লুপথক্তনা পেনববু নিপা থোকনা তাম্নরক্লী। রাখল্লা পেনবা ফংখিদে, লৌশিংনা পেনখি। মাসি তাকে হায়বগী দমক, লাই হরাওবদা লাই লমজেন তাম্নবা হায়চুনা লাইরোন ওইনা য়াওরম্নীবন্নি। মাসি নত্রনা, চুম্না চেন চোংতুনা লাকন-ফানা শানবদগী থোরকপা য়াবা অরাইবা মশান্ননিদি হায়ববু; চুম্না তাম্ন থোৎনতুনা শানবদগী থোরকপা মশাম্না ওয়ররবদি লাইরোনগী মনুংদা য়াওভম থোক্কে। মতৌ অসুম্না লাইহরাওবগী থবক অসি চৎথরক্লগা, লাই লম থোকই, মথংদা মিকোন থাগোন্দনা লোয়শিল্লি। মিংনা উরিবা অপোবা হকচাং অসিগী মনুংদা লৈরিবা; মিংনা উবা ফংদবা অকুপ্পা থৌরাই-মি অদুগা লৈনরিবা মরি অদু পুথোক্তুনা; পুম্নমক অদুগী মশক মমিং অমমম নায়দুনা থরাই লৈবাক থংনলবগী দমক মন্নংগী পোৎপু মপান্দা পুথোক্তুনা কুমৈ ওয়না শানরিবন্নি হায়রা তাকপবু; লাই লম থোকপা চায়রা থবক অদুনা নিংশংহল্লি। থৌরাই মিবু হকচাংদগী পুথোক্তুনা মাগী মরমদা কুপনা লৈনরগা, অমুক থমোইগী থুপশ্রবা মফমদা

কোনশিন্দুনা থমগদবনি হায়বা তাকপবু মিকোন থাগোনবা কৌই। মিকোন থাগোনবা অসিদা, পেনা খোংবনা পেনাগী মুংশিরবা খেঙবা ঈনিনগা লোয়ননা, লাইরেমলেন, ভিরাজমলেন, মিরৎখেন পুম্নমক শকতুনা থৌরাই-মি কোরি। লাই হরাওবা হায়বা থবক অদুগী মমল পুম্নমক, মি-কোন থাগোনবদা হাপ-চিন্দুনা, মিকোন থাগোম্নগা, অনায়েক শেম্নগনি, খুল্লাও লৈচাওবগনি হায়না থাজনৈ। থাজনরিবা অসিমু মমল চাদনা থাজবা নত্তে — পেনা খোংবনা, থৌরাই মিবু চুন্না কোল্লবা, মাহু তারগা তারিবা মীনাশু মাগী মাগী থমোইদা থৌরাই মিবু চুন্না কোনশিল্লবদি অনায়েক শেনবা মশানা তাবনি। অনায়েকপু শেম্নবদি খুল্লাও লৈচাওবশু মশানা তারে।

## লাই হরাওবগী মতম।

চহি অমগী মনুংদা থা মরিদি লাই হরাওনদে— কালেন থাদা— ঈঙেনগা, থৌরানগা থা অনি; নিথম থাদা—পোইনুগা, রাকচাংগা থা অনি অমিনি। ঈঙেন, থৌরান, পোইনু, রাকচাং থা মরিদি লাই হরাওবা য়াদে হায়বসি, লাইপাওগী মভাংদা লোউবগী মতাং য়াওহ্নিবা অহুনা লেংদবা চুকনি। লোউবগী মরমদা কুমু অমুম্না থায়দোকই— কুমজিন কাবা কুমজিন কাংবা; কুমরাই কাবা কুমরাই কাংবা; কুমমৈ চানবা কুমৈ কাংবা। কুমচংশিং অসিদা, কুমজিন কাম্নো কাংলো;

কুময়াই কান্নো কাঙো, কুমৈ চোন্নো কাঙো; চংনিবা কুমচং অমা চংপ্রবন্নু ঈঙেন, থৌরান থা অনিসিদি লৌরিং লৌপানগী মতম শোইদনা তাই; পোইন্নু রাকচৌং থা অনিসিনা লৌথাও শিংথাওগী মতম শোইদনা তাই। অম্নুন্না কুম অমগী চাথোক পুথোকদৌরিবা অমস্নু লোকশিনগদৌরিবা মতমশিং অসিদা, লাই হরাওহনা [illegible] চাখোক [illegible] [illegible] [illegible] লাই হরাওনদে। কাইরেনদগী ঈচা কাওবা থা মত্তা অমা, লাংবনদগী হিয়াঙৈ কাওবা থা অহুম অসিমা, থা নিপান অসি কুমচং কুমচংকি মতুং ইন্না থুন থুন অহুগী থুদোং চাবা মতম য়েংহনা হরাওনম্মি। মমৈথংদগী অহল লমন্না হরাওনরবা মতম অদু কান্নহল্লি.দদুনা, থুন অদুগী লাইনিংথৌ লাঈরৈমা অদুগীদি অদুগুম্না থা অদুদা হরাওগদবনি হায়নুনা অকক্নবা থা অমা ওয়না চংনরকই।

মথক্কী অম্নুন্না, লাই হরাওবগী শককম অমা উংথোক-ইবসি, য়ান্না শর্মজিল্লবা মরোংদা, শক্তমদি লাকপা য়াননবা উংচবা মরোংনি। মীওয়বগী চাওখৎপগী মপুং কাবা শককম— লৈহৌ নোংহোরোন, লাইনিং লম্বী, পুন্সিরোন, লৌউ শিংবা খুংশাহৈবা, জগোই ইশৈ, মুকনা কাংজৈ হুয়িং-থাগী [illegible] অসি পুম্নমক ভাগ্নবা লাই হরাওবনু, বৃন্দাবনগী কৃষ্ণগী রাস লীলাদগী ভম্বকপা কমদোনা ওয়গদৌরিবনো! কৃষ্ণগী রাসভগী ভম্বকপনি হায়হনা ওয়দবমা হায়জিললুরগা করবা কান্নবা [illegible] লৈরিবগে! কৃষ্ণগী রাসভগী ভম্বকপা ওয়রবদি— রাসলীলাদা

শাগোল কাংজে শানবা, মুক্না শামবা য়াওত্রিবা করিগীনো? মহাদেব হায়বা লোল অসিবু মীতৈলোল্লা? মীতৈনা করিগীদমক লাইগী মমিংবু ময়াংলোন্না থোনগদগে! কনাগুম্বনা অস্নুম্না হায়-বস্নু য়াওই—আর্য্যগী বেদগী লাই শিববু অনার্য্যনা মহাদেব কৌই। অতুনা মহাদেব হায়রিবা লাই অসি শিব নি। শিবদি মীতৈনা অশিবা হায়রিবা লাই অতুনি, হায়না, মথোং মরি অমত্তা য়াও-দনা হেক্তা হায়জিল্লি। "শিব" অমস্নু "অশিবা" রাহৈ অনির্সিগী হৌরকফম থ ত্রা, ঈচেল তিন্নত্রা, হংবা অমা য়াওরক্লবদি করিবু শুমকদবা! কৃষ্ণগী রাসলীলাবু, মহাদেবনা মীতৈ লৈপাক্তা লাই-হরাওবা কৌতুনা হৌদোকখিবনি হায়নরিবসি চুমদে, নত্তে। পাখংবনা, তাইবংবু তম্বীগে হায়দুনা হৌদোকখিবা লাই-হরাওবনি। হৌজিক্কী মতমদা অমাইবী, অমাইবশিংনা লাই হরাওবদা হরি হে নারায়ন রাম কৃষ্ণ নারায়ন; শিব মহাদেব অসিনচিংবা রাহৈ শিজিন্নরিবসি অরানবনি। মতম অমদগী শেমজিনখিবা তংশংবনি। লাই মীনম চাবনি, তৌহৈদবা থবকনি। মীতৈগী লাইবু মহী ময়ায় চমহল্লগা মীতৈগী মনাৎ মুংথংকে হোৎনবনি। থংদি-ভৈদদি থংত্রিভৈনি, হৌদোকপা য়াওরকতুনা থংলক্লবা মতম অসিদদি, লাইদা লংক্লবা থবক তৌক্লরগা ঈশা ঈশাদা তেন-থাল্লগনি হায়বসি মীতৈ খুদিংমক্না থংবিয়ু।

———•———

# মোইরাং থাংজীং হরাওবা।

উমং·লাই অতৈ হরাওবদগী, মোইরাং থাংজীং হরাওবনা তোপ্পা; তোঙানবা থরা লৈ। মদুদি মোইরাং কংলৈরোন্দা য়াওরিবা, খম্বা নোংবান লৈরাংবগী মতাং অসিদনি। মাসিদি ওম্বোকনা ৱাংব্রবা পুন্সিরোন (যোগ ফিলোসোফী) অমনি। উমং·লাই অতৈ হরাওবদা লাইদা লৈ লাংদবদি নত্তে, অত্থু ওয়রবস্থু লাঙিবা লৈশিং অত্থুগী মশক মমিং নায়দে। মোইরাং থাংজীং হরাওবদা খম্বা নোংবান অনিনা লাঙিবা লৈশিং অসিদি শাংকম মফম নায়রি, লৈরাং লৈশক নায়রি। মত্থু মোইরাং কংলৈরোম্না হায়রি—খম্বা, নোংবান লৈহেকফম তিন্নবা য়াদে। চীংশাদি অমত্তনি, থাংজীং চীংদনি, অদুগা লৈহেকফমদি খম্বাগী লৈহেকফম নোংবানগী লৈহেকফম নায়রি— নোংবানগী লৈহেকফম্না উজরোক্কী অতেম্বা, তাওথরোক্কী চংমাইদনি। হেকলীবা লৈগী মমিংনা—লোয়বী হাওগ লৈ, শাত্থ তেকচাক লৈ, নোংবান কোংয়াং লৈ কৌই। খম্বাগী লৈহেকফম্না—উজরোক্কী অতেম্বা, তাওথরোক্কী চীংমাই নোংবান্ন অথা কোংয়াম্বগী লৈহেকফমদগী, লোকচপ তরুক লাল্লগা চীংদোন তরুক কারগা থাংজীং চীংগী চীংদোন্দগী পুরেনবা লোক্তগী হেক্কনি। হেক্লীবা লৈগী মমিংনা— মেলৈ লৈসম্না নোংজুমপান কাদানবা লৈম্নুংশি, চীংদা শাংপা ঈঙেল্লৈ তাইবংপানগী চীম্নরৈ, পামেন থক্তা শাংপা খোঙ্গন মেলৈ, শংব্রে অসিনি। খম্বানা, পুরেনবা লোক্তা শাংলম্মীবা লৈ অত্থুগী

মনম ফঙকপদা, থোইবীবু, মুংশিবী হায়বা ৰংহৈ অমা থাদুনা শকই। খম্বানা থোইবী থাদুনা ইশে শক্লীবা অসিনা মরম ওয়দুনা খম্বা, নোংবান লৈরাংবা হায়রিবা অসিগী ঈচেন করিনো হায়রবা খম্বনবা রাহৌদোক অমা পিরি। করিনা, মোইরাং থাংজীং হরাও-রিঙে মতম অসিদদি অপাম মুংশিগী রাথন খনবা য়াদে, তৌহেদে হায়রি। মাত্রু হৌজিক ফাওবসু চৎনরি, কিনরি। খম্বাদি পুকনিং রারকপা ঙমদবা, লমচৎ নায়দবা মীতামসু নত্তে। অদু-নদি মনুংদা ঈচেন অমা ফুমদুনা লৈরে হায়বা তাক্লে। থংজীং চীংদগী হেক্লগা থাংজীং লাইদা কংলিবা লৈনি। থাংজীং চীংদি লাইফমনি হায়রি, লাইনা লৈবা মফম্বু লাইফম কৌনি লাইগী মিংসু থাংজীং কৌই। অদুনদি থাংজীং চীংদোন্দা থাংজীং লাই লৈবা তায়। মোইরাং কলৈরোম্না—মোইরাংবু; থাংজীংনা উফম ওয়রগা লোক্তাক্না মিংশেল ওয়বা লম হায়রি। অদুনদি থাংজীং চীংনা লেমফু ওয়রগা, লোক্তাক্না ফম্বীকোন ওয়দুনা লাইগী মরোং অমা লেপলি। তোরোপুং (তোর্বুং), তোরোং লাওবী, লৈহৌংপাৎ, লৈশেংপাৎ, মরোংখোং, পাখোং, লাইখোং ঈরম তরেৎ ঈখাই তরেৎ পুদুনা, মোইরাং তুরেললুনা থাংজীংদগী চেঙ্করক্লগা লোক্তাকতা তাররি। মোইরাংগী লমদম অসিসু চপ চানা লাইগী শক্তম অমা লেপপী হায়বত্রু মোইরাংগী লাইরোন লম্মিৎ অসিনা তাক্লী। মোইরাং কংলৈরোন হায়বসি মীতৈগী চাওব্রবা পুয়া অমনি। পাথংবা শকোকনা মীতৈগী কংলৈরোল্লি। তেংবানবা পুম্নমক অসি শারোন থুনা থুপচিনখিদুনা অতিংকোক

মতোমদা ঙাইরম্বদগী , তেংবানবা লৈরক্নবগী দমক কাংথোরকইবা অহুবু কাংলৈরোন হায়বদগী শমজিল্লকতুনা কংলৈরোন হায়ঘিবনি। মোইরাংগী লাইরোন অমদা— থাংজীং চীংবু , কৌব্রুদগী থাঙকপা চীংনি হায়তুনা, থাংজীং কৌই হায়রি । পাখংবা শকোক কংলৈরোনদনা, কৌব্রুনা লেমফু ওইরগা কংলানা খোইদৌ ওয়দুনা লোক্তাক্না সনা তেংগোৎ ( ফম্বীকোন ) ওইরি। মোইরাং কংলৈরোন্দসু , থাংজীংনা লেমফু ওয়রগা লোক্তাক্না ফম্বীকোন ওয়রি । অদুনদি কৌব্রুনা লেমফু ওয়তনা লাইগী মরোং লেপ্পীবা অদুগুম্না মোইরাংদসু থাংজীংনা লেমফু ওয়তুনা লাইগী মরোং অমা লেপপী হায়বা থংহনগে হায়বগীদমক কৌব্রুদগী থাঙকপা চীংনি হায়তুনা মরোং অদুবু নিংশংহনবনি । কংলৈরোন, অমদি পুয়াদা চীংদোনবু শোরারেন হায় । অদুগী মতুংইন্না কৌব্রুনা লাইরৈপাক শোরারেননি , থাংজীং চীংনা তম্পাক শোরারেননি। মাদুদি— কৌব্রুদা পানবা লাইদি শোরারেননি ; অদুগা থাংজীং লাইসু শোরারেননি ; অনিসি করিমতা কায়নদ্রে। লাইরৈপাক থংজীং চীংদগী হেকউবা লৈনা , থাংজীং লাইদা কংপদি, মশাগী মপোৎ মশাদা হনজিনবনি ।

লেমফুদা শাৎলিবা— "মৈলৈ লৈসন্না নোংজুমপান কাদানবা লৈনুংশি" করি লৈনো লৈশক থংসি । মৈলৈ হায়রিবা রাহৈ অসি লোনগী রায়েন মতুংইন্না থিরবদি— মৈলৈ হায়বদগী লৈয়েং লৈতোন শমজিল্লক্তুনা মৈলৈ তারকপনি। রাহৈ হায়বগীমতুংবু লৈয়েং লৈতোন্না শমজিল্লকপা হৌনশানি । "মে" হায়রিবা

খোম্থোক অসি লোল নত্তে, ঈনিনখোয়ি। মমুংদা ৱারোম খরা ফুমত্তুনা লৈরবা অদুবুনা লোল কৌই। "মৈ" হায়রবদি লোল তারে, মাবু পোৎশক অমা থংনরে। মমৈথংবা "লৈগী" "ৈ" মেগী মথংদা লৈবনা মেঐ = মৈ অত্তমক তাক্লরে। অদুনা মৈলৈনা, মেলৈ ওয়রকপদা করিমতা চিংননিংভাই লৈত্রে মৈলৈদি করিনো খন্নসি— চারি থক্লিবা পুন্নমকপু তুমহন্দুনা মহী মচী ওয়হল্লগা ঈ, তোং, শানা চিংবা শায়োন মথং মথং চীংখৎ-লক্লগা, তরেংশুবা ময়োন মচী অত্থ ওয়। ময়োন মচী অত্তুনা অমুক চাখিবা থকখিবা পুন্নমকপু তুম্নবা মৈয়ায় মৈশা অত্থ পিরকই। মরম অসিদগী মভোন্দ মৈ লৈরে হায়ত্তুনা মাবু মৈলৈ কৌবনি। পুন্নমক অসিগী মথক্তা ৱাহৈ পরেংগী মতু-ইন্না মশানা ওয়ভম থোকপা হায়বা অমা লৈরি—মথংদা "মেলৈ লৈসন্না নোংজুমপান" হায়বা ৱাহৈনা মৈলৈ অসিগী মতিক উৎথোকই। মাত্থদি— অত্থগুম্বা ময়োন মচী অত্তুনা লেমফুদগী নাওফমদা নোং ওয়না চুরগা তাইবংপান শন্দোকই হায়বা তাকপনি। মথংদা "কাদানবা লৈমুংশি" হায়না ঋরকইবা অসিনা, মথক্তী ৱাকমশিং অসিবু ময়েক শেংহল্লি— মহীগী মশক ওয়বা অরাংবা পোৎশক অত্তুনা, মপংগী মশক ওয়রিবা তাইবংগী কায়াৎ ফীদুপ অসি ওয়রকই হায়ত্তুনা মহাকপু কাদানবা লৈমুংশি কৌবনি। অত্তুনদি হৌজিক মেলৈ লৈসন্না মশক থংলে। হৌজিক "চীংদা শাৎপা ঈভৈল্লে" করিনো থিশি। "চীং" হায়বা ৱাহৈ অসি চীংখৎতুনা শেম্বনি হায়বদগী চীং কৌবনি। কোক লেমফু অসিমু, মতিক ময়াম

পুন্নমক চীংশিন্দুনা শেম্বনি হায়হুনা মোইরাং পুয়াগী লোলদা থাংজীং কৌই। কোক লেমফুদা লৈবা লাইগী মমিংস্তু, পুন্নমক মহান্না থাংহুনা চীংহুনা পুই হায়হুনা থাংজীং কৌই। অস্তুন্না লাই অহুগা লাইগী লৈভম অহুগা মমিং মান্নখি। অস্তুন্না, কোক লেমফুবু চীং কৌরবদা, কোক্তা ময়োন মচী অহুনা থোপ ওয়-হুনা ঈংনা লৈরিবহুবু ঈঙেল্লে কৌই। থোপ ঈংবা লেমফু ফবনা লৌশিং য়াম্না শিংদুনা লৌশিং অহুনা তাইবংপানবগী কান্নে হায়হুনা চিন্নরৈ কৌই। অস্তুন্না, মেলৈ লৈসন্নাগা, ইঙেল্লেগা পোংশক অমত্তা ওয়ত্রে। হৌজিক "খোংগন মেলৈ" মশক্ খংদোকশি। কোক অসিগী মন্নুংদা লাইরৈপাক অহুম লৈ—(ক) কৌক্রচীং (খ) থাংজীংচীং (গ) নোংমাইচীং। ময়োন মচী অহুনা তাইবং শন্দোকে হায়হুনা নাওফমদা চেঙ্করকপা তার-বদি য়াংবী লুজাওগী মরিন ঈন্না চেঙ্করক্কনি। ময়োন মচী অহুনা থোপ ওয়না ফমজিন্দুনা লৈননবা কাখংলকপা তারবস্তু য়াংবী লুজাওগী মরিন ঈন্না কাখংলক্কনি। য়াংগী লুনা থম্বা মফম্তু লুখম কৌই। লুখম অসিবু,—তাইবং ঈপাক্তা চেঙ্করক্কবা ঈশিংস্তু, কোরো লাইরৈপাক্তা কাখংখিনবা ঈশিংস্তু অনিমক্কী ঈথাভম লোক ঈথেন্নি হায়হুনা নোংমাইচীং কৌই। মফম অহুদা লাইরৈপাক্তা কাখংখিনবা হঙ্গংনা চেনবা চীংগোই মরিন লৈ। মফম অহুদা তোরো ঈথৈরিবা, তুরিন ঈথারিবা লাইদি নোংমাই-নিংথৌ চৌঙু লাইপাঙ্গলবা কৌই। মতৌ অস্তুন্না ওয়ন্নিবা, লুনা থম্বা মফম অহুদগী তাইবং ঈচেনগী দমক্ থারকইবা ঈশিং অহুদি

নোংথাংগুন্না য়াংনা পাইথরকই । য়াঙি হায়বা খংহনগে হায়বগী দমক, খোঙ্গন হায়রুবতনি । পামেন্দ উগুম হৌদুনা লৈরিবা মাংবী লুতোন্দগী লাকই হায়দুনা পামেন থক্তা শাৎপা ওয়না পান্দম লাকউবনি । অস্থুম্না, খোঙ্গন মেলৈস্থু, মেলৈ লৈসন্নাগা পোৎশক অমত্তা ওয়রম্মে । হৌজিক শংব্রেস্থ খংদোকসি । শংবা+লৈ=শংব্রেনি । শংবা হায়বসি অহিংববু খংলৈ— মশা মথনতনা অস্থুম চাওখৎচরকতুনা শারেপ ফাবা তালক্‌ইবদূবু অশংবা কৌই । মাদূদি অহিংবা পোৎনি । ময়োন মচী অদূদা হিংনরি; ময়োন মচী অদূনা নাওফমদা তুঙঙ্গাগা অনৌবা হকচাং অমস্থ মতোমতা শেনগৎচরকই হায়দুনা শংব্রে কৌবনি । অদুনা শংব্রেস্থ মেলৈ লৈসন্নাগা পোৎশক অমতনি । মাসিনি মোইরাংগী থম্বানা, উজ্জরোক্কী অতেম্বা, তাওথরোক্কী লোকমাইদগী লোকচপ তরুক লান্দুনা চীংদোন তরুক কাহুনা পুরেনবা লোক্তগী হেকলুই হায়রিবা লৈশিংদু । মীওয়বনা লাম্বুকপদা ময়বা; ভয়াংবা পুকচেন্না ওমফত্রবা— অপাম্বা, অশাওবা, মিহৌবা, অওকপা, ময়ায়কাব, মাপন হায়রিবা তরুক অসিবু লাম্বোকপদি অওম্বা লোকচপ লানবগুম, অওম্বা চীংদোন কাবগুম থোকই । তরুক অসিবু লাম্বোকপদি তেংবানবা মপু ঈবুঙোগী মতিক ময়ায় পুন্নমকী হৌনবুং ওয়হুনা লৈরিবা, মকত্রবা লৌশিংগী মঙাম্না ঙুংদুনা লৈরিবা, লৈকোম লৈবুং অদুবু ফংবা ঙম্মী । লৈকোন লৈবুং অদুবু পুরেনবা লোক কৌরুবতনি । লৌশিংগী মঙান অদু কাওরকপদা, পুকনিং থাখল্লা, লৌশিংনা অখোইবনি থওকতুনা,

লৌশিংবু সুংশিরকই । অহবু খম্বানা খোইবী থাহুনা ইশৈ শকপা ওয়না হায়বনি । থাংজীং চীংদগী হেকলুরগা থাংজীং লাইদা কৎপা মাসিনা তাকপদি— মীওয়বগী খোপ হায়বসি, তেংবানবগী মপু ঈবুঙোগী মতিক ময়ায় অহুনি, মহাকমকী মশক্নি । নিপাথোক্না, অপাম্বা, অশাওবনাচিংবা মীওয়বগী য়েক্নবা ওয়রিবা ভক্তকমকপু লাম্থোকৃতুনা, অয়েম্বদা তাইবং ঈপাক্তা হৈদোকৃতুনা মাংপ্রগদবা য়াইবী য়েন্নৌ মরিকপু থক-লোমদা চীংখৎতুনা খোপ ফহল্ল; খোপ মপুং ফারগা লৌশিং ভাম্থোরকনি; লৌশিংনা ভাম্থোক্লগা রাথন লুশিল্লকৃতুনা (পানবা) খমোই পাঙ্খোরক্লগা, পুক্নিং নে তানা ইংনা লৈগনি হায়বা তাকপনি ।

নোংবানগী লৈংহককম, থাংজীং চীংগী উজ্জরোকী অতেম্বা, তাওথরোক্তী চীংমাই হায়রিবা মফম অদিনা তাক্লীর্দি— অপাম্বনা চীংথরকতুনা তাইবং ঈপ ক্তা হৈদোকইবা – য়ায়বা য়েঙ্গৌ মরিকী ফৌরকফমস্থ কোঙ্কগানি । মহে লোকনবগী থাবাবু উবা কৌই (লৌউবা হায়বগুম্বা); চীংদু খাই পাঙ্গনবনা ঈথরকতুনা চঙ্গোই রোমদা হঙ্গৎনা চেনখৎত্রবা; তাইবংগী চাদ নাওতা শন্দোকনবগী ঈশাইভম অহবু উজ্জরোক কৌই । মফম অদগী য়াম্না য়াংনা তাওথরকই ( চেঙ্খরকই ) হায়দুনা, তাওশরোক্তী চীংমাই কৌই । নোংবান্না হেক্লকইবা, চীংয়া পামশরৈ, লোয়বী হাওশরৈ, শাহু তেকচাকলৈ, নোংবান কোনয়াংলৈ হায়রিবা লৈ মহিংশিং অসিনা থংহল্লিবদি— "ঐ" বু মশক থংনবগী দমক্ লেমফুরোমদা

চেনখৎকদবগী মহুৎতা, "ঐহাক" হায়বদুগী অপাম্বদা ত'ও· থরকইবা, অপাম্বতগী মশক ওয়থ্রবা, য়ায়বী য়েম্নৌ মরিক অদুবু লেমফুগী ময়াদগী চেঙ্করকপনি হায়দুনা চ:ংয়া পামশরে কৌই। ঈ, শাহুমতনা শারিবা কায়াৎ অহুতবু মিতাহুনা রাখন কামহনা লেমফু ময়াদগী চেঙ্করকপনি হায়দুনা লোয়না হাওগরে কৌই। অপাম্বা হায়বসিগী মমুংদা লঙজবা লৈ; লঙজরবদি তেকচাক শোইনা নংই হায়দনা শাহু তেকচাকসে কৌই। নোংনা ওয়রকপনি হায়দুনা তাইবংবু নোং হায়নস্নু খংনৈ। অদুনা তাইবঙ রাখন্দা লুপলিবা অহুবু নোংবান কোবা য়ায়। তাইবংগী অপাম্বা হায়বসিদি শেনজেংকোনগুম্না মথৌ কল্লি, রাখন য়াম্না য়াংই হায়দনা নোংবান কোনয়াংলে কৌই।

মতৌ অসুম্ন:, ওয়রিবা খম্বা নোংবানগী লৈ থাংজী:দা লাওবদা, লাইনা নোংবানগী লৈ লৌদে; খম্বাগী লৈদি লোই। থবক অসিনা তাকপদি— অপাম্বা রাখন্দা তাওরিবা মীনা লাইনীং লম্বী তাল্লকপদা য়ৌব' ঙমদে, অপাম্বা হায়বসি লাইনিং লম্বীগী পল্লি। অপাম্বা অশাওবনচিংবা য়েকনব: তরুকপু নমথৎতুনা নিপা থোকনা অচুম্বা লমবীদা মুংশিধগা লোয়ননা কাখৎলক্লগা মতোন লোম্মী; লাইনা কুবী হায়বনি। লৈ লাওবা মতমদা, খম্বা থোইবী অনি পুন্না জগোই· শামিন্নরিবা অদুনা তাক্লী— অচুম্বা লম্বীদা কননা ইল্লক্লবদি, লমচৎ পথাপশিংগী পাম্বৈনা কঙমগ্রেবা লৌশিংবু পুরক্তুনা পিরে অসিনি। মথক্তী রাখুনশিং অসিবু, চৎনা কোইনা নোইদুনা উৎথোক্লীবা জগোইশি.বু অরাইবা

থবক নত্তে। য়াম্না কুপ্না চথোন্না তমদনা শাবা ঙম্বা জগোই নত্তে। লৈমা জগোই, নিপা জগোই হায়রুনা য়াম্না কুপ্না তম্মীবা পোৎনি। লৈমা জগোই, নিপা জগোইবু হৌজিক্কী মতমদা থম্বা, থোইবীগী জগোই হায়না খংনরে। থম্বা, থোইবীগী জগোই অসিদি অথন্নবনি; হৌজিক্কী মতমদা ক্লাসিকেল হায়নরিবা অতুনি। লাইবৌগী মতাংদা, হৈবা হৈতবা মীয়াম ওয়না শারিবা অদুনা, লাইরোনগী দমক লৈবাক হরাও জগোইনি। হৌজিক্কী মতমদা ফোক হায়নরিবত্থনি। লাই হরাওবদা, হৌজিক্কী চংনরিবা লোনদা ফোক অমস্তু ক্লাসিকেল অনিমক শুনা য়াওরি।

মোইরাং লাই হরাওবগী মতম — মোইরাং হরাওবদি কালেন্দদা হরাওনে। কালেন্দা হরাওরিবা অসিগী মতুংদা য়াম্না য়াংথ্রবা রথুন অমা লৈরি — ফাইরেন থাদগী হৌনা নানৌ য়োম্নং হুল্লক্লে, অতুগা লোয়নননা মীওয়বগাস্তু পুকনিং ঈথক হৌরক্লে। মুংশা হাইগৎলকপনা চাবা হল্লে, ঈশিং কৌরে, হৈ পাম্মে, অশিনবা মহি পাম্মে। মহৌশাগী শকফম্মে, চৌপ্পাক্কী ময়ায়নে হান্নবী হান্নবা ফাওবা নমহৌনরে। লাইনিংবা কনাগী পুকনিংদা মহৌশাবু শিংনবা ঙম্মাগবা! হায়র্বা মতম অহুমক য়ৌরে। মস্তুম ত্তৌনা ত্তৌনা শাজিবুগী শারবা মৈশা ফাওরক্লে। মৈশা থাঙবা হোৎনবদা— হৈরী, হৈয়াই, নোঙ্গাংহৈ, মানহৈনা ঈশাদা য়াই থারে। থবীনা তিনজাক তাল্লে। লমদা থাগী থানিম্না ফজরিবা, শাজিবু থানিম্না ঙাল্লিবা, শিগদবা থোরাইনি, শিত্রিঙৈদা মুওয়ামথোকহৌগে হায়রুনা শিবা নাবা কিরক্তবা মতাংমক হেক য়ৌই। মতৌ

অসুম্না মহৌশাগী শকফম্না পুকনিংস্থু ল'ঙেও, হকচাংস্থু ঙাওরে, 'চীঙ্গাক্কী ময়ায়না রাখনস্থু হুকত্রে, মশাস্থু য়াই থারে। মহৌশাগী খোংচংনি, কনানস্থু খিঙুবা ঙমদে, শাগ্রবা শজিবুগী মথক্তা, য়াক্লবা কালেনগী নুংশা ফাওরক্লে। মহায়বনি ফনা কম্না হোৎন-ডুনস্থু ঙাকহৌবা ঙমহৌদে; মৈরানবীনা মৈদা চোংশিনবগুম, মহৌশাগী ফজবা শকফম অতুদা মীওয়বগীস্থু থরা মখেদি পাথোকত্রে। নিংথমথাদা ভানশিনজহৌবা হকচাংগী মচী পুন্নমক লোয়না চাদিং ভোথোকথরে। কনাগুম্বা কারাম চাওবা কাংবুগীদি' শুমঘরে, চাথম্লহৌরে। শজিবুগা শানা থাংলক্লীবা অতুগী মথক্তা কালেনগী য়াক্লবা নুংশাহু থাংবদা কানা লেল্লে। মুংশা খাংবা হোৎনবদা ঈশিং য়াম্না থক্লে, হৈ য়াম্না চারে, মঙ্গনা পুক য়াম্না নৌরে। মথং অসিদা ঈঙাগী নোং লাক্লগনি, ঈঙা, ঈঙেন, থৌরান থা অহুম খোং চোংকদৌরি। ইম্ফাল কংলৈগীদি খরাবু ফারি; লোমীগীদি থা অহুম অমি ঈরোইনতুনা লৈগদৌরিবনি। কালেন্দা হকচাং মঙ্ উ শোকখিবা লোমীনা মথোং চোংলকপদা লোপানবা লোয়দনা তুবা (নায়না নৈবা) কোঙ্গাইনি। মাসি মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগা মতম কোবা খোংচংকা, মীওয়বগা লৈনরিবা মারান। মরম অসিনা চহি অমগী থা তরানিথোইগী মনুংদা কালেন থা অসিমদি চেকশিনগদবা মতমনি হায়বা মীতৈনা খঙি। মতম অসি অনাইরেকীস্থু মতমনি, করিগুম্বা চহিদস্থু খোংহম্বা অচৌবা লাকই। মরম অসিনা কালেন হায়বা থা অসিমদি' পুন্সিরোন শানতুনা, ফম্বী ময়েং তাদনবা হোৎনগদবনি।

ঈ মপাঙ্গল কন্না, চাবা থকপা তুন্না, মন্নুং শেংনা থমগদবনি। অংগী দমক কালেনদা ঈবুধৌ থাংজীং হরাওবা; হরাওরিবৈদা অপাম মুংশিগী ৱাথন থাদোকতুনা, মথক্তা হায়ত্র। থম্বা নোংবানগী লৈরাংবগী ঈচেনবু নিংঝংদুন, পুন্সিরোনবু নিংঝংবনি। মাসিনা তাক্লী— মীতৈনা, হকলোন অমস্তু ৱাঙুরোন হৈরম্মী। অতুনা, মরম খংনা হরাওরবদি কালেনদা হরাওরিবসিনা থরাইদগী হেন্না মহৈ চাওভম থোকই।

লাই হরাওবগী ৱাফম্না লোইশিল্লকপা মতাং অসিদা পলহৌদবা য়াদবা মতাং অমা লৈরি। মাতুদি, মথক্তস্তু পনগ্রবা — উমংলাই চহুম হুমফুমাথোই, শরোই হুমফুমাথোইদি, মফম অমস্তুং মতম্নি। মিকুপতগী হৌবা নোংমদা লোয়বা মতম্না নোংমদা তিনশিনখি; নোংমদগী হৌবা চহিদা লোয়বা মতম্না চহিদা তিনশিনখি। মতৌ অম্নুম্না মতম পুন্নমক চহিদা হনজিনখি। চহিনা মুমিংকি থোংংতগী শাবনিনা, চহিগু মুমিত্তা চংশিনখি। মতৌস্নুম্না পোকপা শিবা তৌংনা মশক মমিং পালম্মাবা মতম পুন্নমক্না মুমিংতা তিনশিনব্রগা; মুমিংস্তু মাগী মতম লোইরগ; পোক্তবা মতমদা হল্লিনঘরে। পোক্তবা মতমদি, মফমগা মশা অমত্তা ওয়ঘরে। মফমস্তু হাংহোরে। অহাংববু শোরারেন কৌই। অতুনা মীতৈনা হরাওরিবা লাই পুন্নমক শোরারেন ওয়বনা, লাই হরাওফম খুদিংমক্তা শোরারেন লেংশিন্নবা লা থাই। মীতৈনা হরাওরিবা লাই পুন্নমক শোরারেন্নি হায়বা ৱাফম অসিদা, চিংনিংভাই ওয়বা ৱাফম অমা থোরক্কই

মীতৈনা হরাওনরিবা লাইশিং অসিগীদি — কনাগীনা লাইনিংথৌ, কনাগীনা লাইরৈমা হায়রুনা, লাইনিংথৌ লাইরৈমশিং অতগী মমিংস্মু তোঙান তোঙানা লৈরি অসিনি। মাসিদা করিমতা চিংননিঙাই লৈতে— অতিংকোক মরু শিদবা লাইনিংথৌ শো-রারেন হান্নরিবা লাই অসিদি — লুমাঙ শমপুন পুল্লগা, পন্থৌ কৌনা হাওখুম্বা, লুতুঙ শমপুন পুল্লগা পালেম কৌনা হাওখুম্বী হায়রুনা পুয়াদা লৈ। অতুনা কনানা ঈপানি, ইথৌনি হায়না নিংজখি; কনানা ঈমানি ঈবেন্থৌনি হায়না নিংজখি। মতিক মঙন লৌরুনা মমিংস্মু তোঙান তোঙান থোন্নহিবতনি। মাসি পুম্নমক অস্তুম অস্তুম থিজিল্লরুগা, মীতৈনা, লাইবু মশক মুন্না খঙলম্মী; নিংবগী পাঙ্গল অতু য়ান্না কুপশিনলম্মী হায়বা তাকপনি; ধন্নুং লাইমিৎ পাংদ্রিবা, খংদবা অমাইবা অনাইবী কনাগুম্বগী লাইরোন্দা চিংনগদবা নত্তে।

খরতং অসিনা, লাই হরাওবগী রাফম লোয়শিনজরগে। খরতং অসিনস্মু লাই হরাওবনা উৎলিবা শকফম অতু লাকশিনবা য়ারগনি। "হোইরৌ" শকপগী থৌরম অমস্তু থোংদাক (কোজ এণ্ড ইফেক্ট) ময়ামগী লাইনিংথৌ লাইরৈম ময়াম থোকতুনা কুমৈ ওয়রিবা ময়াম অদুবু, অমস্মু মাতুদা লাইনিংথৌ লাই-রৈমা ময়ামনা পাওরোনখিবা ময়ামতুগী পাওতাক খুনজিনবা তারবদি, লামাই চামরি চামঙা পানবা অচৌবা লাইরিক অমা ওয়রগনি।

# থাবন চোংবা ।

থাবন চোংবা অসিস্সু মীতৈ ঈনাৎ অমনি । থাবন চোংবা অসিনা মীতৈদা পোকপা চহি য়ামে । ঙসি চহি মঙা তরা অসিদা থাবন চোংবদা ইশৈ য়াওনখিদরে; ঈশৈগী মহুৎতা বেলনা শিনঘরে । ইশৈগী মহুৎতা বেলনা শিনগ্রিবা অসি মীতৈগী য়াম্না ময়েং তাবা অমনি । ইশৈ মুৎখিবগা লোয়ননা থাবন চোংবগী ফজব্রবা রাখুন অহুস্সু মাংব্রে । কুমগী য়েন্নিং হুল্লকপদা, পাথং, লৈশাবী নহারোনশিংনা থাম্বা য়াদনা হৌরক্‌-তুনা শানবা কুমৈ অমনি হায়না ইচম চম্না লৌনরে । মাহুম্না পুরবদি য়াম্না ঈকাইবা রাকম অমনি; লৈবাক অহন পান্দবগী রানি । মপুংগী ঈচেন খংদনা, ইচম চম্না লৌরুবদগী, লাইরিক লাইশু হৈবা লৈবাকী ইবুঙোশিংনা থাবন চোংবা মুংথৎকদবগী কন্না হোৎনরুরবনি । অহুবু হোৎনজৈ হায়বহু মঙায় অহনলোন-শিংনা য়াখিদবদগী ঙসি থাবন চোংবা হিংহনা লৈহৌরি । থাবন চোংবদি মরোং অমা ওয়না, মেম জংগোই ওয় করি ওয় হিংহনা লৈহৌরে; থাবন চোংবগী ফজবা ঈচেন্দি মশক উঘিদরে । অহনলোন্দা হংগদবস্সু, থাবনগী ঈচেন খংদহুনা থিংগে হোৎনরম্বা কাংবু অহুনা অহন ওয়ব্রে । কনাগুম্বা অথংবা অহন য়াওরবস্সু; মরা লৌবিরোইদবা উহনা তন্দুনা ঙাংঘিদরে । অম্বুম্না ওয়রিবা থাবন চোংবা অসিবু, অথংশনা তাকপিরকই— মচীনঙৈদা, কংলৈ-রোন, পুয়া, লমচৎ পথাপ পুন্নমকপু লাইরিক লাতম ওয়না

খুংনা ইত্থনা থপ্পসি য়াম্না রানা থোক্অমই— উকুদা ইবা তাবা, উপক্তা হনবা তাবা, থবক অসি মী খুদিংমক্তা ওয়থোক্কে। অহুগা খংবা তাবদি মী পুন্নমক্কী মথৌনি। মরম অমনা, মতম অতদদি মীপুম খুদিংনা চীনফা পুবা তারম্মী। মরম অদুদগী লাইরিক লাতম লৈবা, অথংবা অহন অমনা, হল্লগা ময়াম্না খুনতনা চীনফা পুনরম্মী। মাতুদগী থাবন চোংবা হায়বা থবক অসি থোরকই। থাবন চোংবা কৌরিবা মনিং অসিমু থাবনদা চোবগী দমক থাবন চোংবা কৌবা নত্তে। থাবন্দা চোংবগী দমক ওয়রবদি থাবন্দা চোংবা হায়গদবনি। শমজিল্লকপা তারবস্মু থাবন্দা চোং হায়গদবনি। থাবনদা চোডি হায়তুনা, থাবন চোংবা বৌরবদি; মুংথিন্দা চোংবদি মুংথিন চোং কৌগদ্রা? থাবনদি মুংথিন্দস্মু চোংনৈ। থাবন+চোংবা রহৈ অসিনা তাক্লী—থাবনবু চোংবনি। থাবন্দা চোংবগী রা নত্তে। থাবন হায়রবদি— অরাংবদা থোকইবা ইডনা লুনা ডান্না ফজত্রবা থাগী মডানবু খানগনি। অদুগুম্বা থাবনবু, ফঙ্গে তাল্লিবতবু চোংবা কৌই। তাললুদ্রবস্মু অতমক ফডিবা থাবনবু ফঙ্গে তাল্লি হায়রিবা অসিনদি— করিগুম্বা অমবু থাবনগা পান্দম তৌবনি হায়বা মশানা তরে। থাবনগুম্না ইডনা ডানবা হায়না, পান্দম তৌবা য়াবা অমতং হায়রবদি— মকত্রশা লৌশিংগী (ক্লপ্রীম নোলেজ) মহান অতত্রনি। লৌশিংগী তুডংভনদি, হকচাংগী অরাংবা মফমদা লৈরিবা লেমকুনি। অতুনদি, মপানগী অরাংবদগী থোক্লকইবা ইডনা লুনা ডানত্রবা থাবন অহুগা; মহুংগী অরাংবা কোক

লেমফুদগী খোরকইবা ইডনা লুনা ডানথ্রবা লৌশিংগী মডান অতুগা পান্দম ভৌবদি, ভৌনিঙাইমক ওয়বা চপচাবনি। থাবন চোঙিবা মীয়াম অতুগী কোক্তোন লেমফু অতুনা, থাগী মকোই মান্না কোইত্তুনা থাবু নিংঝিঙি। থাবু নিঙ্ছৃরিবা অসিগী মরম অমনা— থা উরগা পুকনিং ইডি; মরম অতুনা পুকনিং ইঙু হায়বা তাকপনি। থাবন চোংবগী মভাং মরিনি — (ক) ইশৈ মপুং শকতুনা কোইনা চোংবা; (খ) লাইরেন মথেক চৎপা; (গ) কে-ক্রেক-কেক শানবা; (ঘ) মিকোন থাগোনবা অসিনি। ইশৈ মপুং শকপা মতম অতদা, পাখংবা কংলেরোন নত্রগা মোইরাং কংলেরোন শকতুনা, মীয়াম্বু খুনহল্লি। ইশৈ হৌবা মতমদা, ইশৈ হনবনা হো হৈয়ো হায়না লাওরগা, ময়াম্না হে হে হায়না খুম্মী। মাসিনা, পুকনিং হকচাং পুন্না করিগুম্বা থবক অমা তৌগদৌরি হায়বা তাক্লী। মত্তৌশুম্না, লাইরোনবু নিপা, মুপী পুন্নমক চীনঙ্গা পুহল্লি। মাতুনা মীতৈগী থমোইদা মরু তাহো-তুনা; পামহৈবা নিংথৌনা, লাইরিক মৈ থাদোকতুনা মরু ফুক তোকথ্রবা মীতৈ মনাৎপু; অমুক য়েন্নিং হুল্লকইবা অসিনি। অদুগা লাইরেন মথেক চৎপা হায়বা থবক অসিমতনা পাওতাক অনি পিরি— (ক) পুন্সিরোন শান্নরকপদা, নাওফমদগী খোইজীদা, খোইজীদগী লকাদা; লক'দগী লেমফুদা মথং মথং কাখৎলকই হায়ব'মা তাক্লী। (খ) লাইরেন মথেক চৎপসি পাখংবগী মরোংনি হায়রি। পাখংববু লাইরেন্নি হায়তুনা লীনগী মরোং ওয়না লৌ-নরি। লীনগী মরোং ওয়না লৌনরিবসিগী মাখুন তোঙান

তোঙানবা কয়া লৈরি। মফম অসিদা থাবন চোংবদা ওয়ল্লিবা লীনগী মরোংগী য়া হায়জগে। লাইনা মীওয়বদা চংলুন', "ঐ নত্রগা লোয়নবা নত্রগা মি" কৌহুনা লৈ। "ঐ" অহুনা অথংবনি। অথংবা অহুনা খণ্ডিবা অহুগী মরি নিংঝংঙকই; মাদুবু পাখংবা কৌই। পা+খংবা হায়রিবনিনা, মহাকনা থিগদবা মথক খোংবা অমা লৈরী। নিংঝংবা অহুনা মথকলোমদা কাখংগ্রগা অথংহগা মশা অমতা ওয়ত্রে। মথারোমদা কুমথরক্লগা য়াগন ওল্লি। য়াখন্দি অপাম্বনি; অপাম্বদি হু কায়। মীওয়বনা লীনবু উরগা হুবু নিংঝংই। লীল্লা মতম লৈবা খিবিক্কা, খোইন্না চৎলি, খোইনা কুল্লি,। অপাম্বা হায়বসিস্থু পুকচেল খোই। মথক্কা হায়ত্রে— পাখংবদি নিংঝংবনি। নিংঝংবনা পোংশক্কা মিতারগা অপাম্বা কৌই। অপাম্বনা, মীওয়ববু পুকচেল খোই-হল্লি হায়বা তাক্কে হায়বগীদমক; পাখংববু খোইনা খোইনা চৎপা, হু পুবা লীনগী মাল্লোং ওয়না পান্দম তৌবনি। হৌ-জিক খঙে—থাবন চোংবদা লাইরেন মথেক চংসিবা অসিনা মীওয়বদা তাক্লিবদি—অপাম্বগী হু কাগনু, পুকচেল খোইগনু অসিনি।

কে-ক্রেক-কেক শানবা হায়বসিদি কৈগা, এনগা তান্নহুনা শান্নে। মরোনস্থু লৈরী কে-ক্রেক-কেক হায়রগা, মো-মো হায়না খুম্মী; য়াংলেন শম্বা হায়রগা. শ্যাও-শ্যাও হায়না খুম্মী; এনখোং ফত্তে চাশিল্লো হায়রগা, লাইগী এননি চাভরোই হায়না খুম্মী। অসিদস্থু নত্তে, মরোন য়াম্মী। থরদংসি নৈনরগা

ময়াম অহস্ম অহুমক চানরগনি। অফবা থবক অমগী দমক মীয়াম তিনহনা হরাও কুম ভোরে। অফবা থবক অহুগী মনুংদা, ফত্তবস্মু চংশিল্লকই। মাহুদি— মীয়াম তিন্নরবনিনা, উনরে, তোংনরে, খেংনরে। উনা, তোংনা, খেংনরুবদগী কায়াংশিংগী ময়ায় কারকতুনা, পুকনিং ঙাওরকপদগী ৱাথল্ল চোইরকই। নিপানা পিগে থনবা, নুপীনা লৌগে থনবা মহৌশাগী পথাপনি। অফ ফত্তগী চৈরাক হায়েন্না লাকতুনা থম্বতনি। অথিংবা চৈথন অহু লৌথোকতুনা মীয়াম তিন্নরবদা, অথকপা অচাবা ৱাথন ঈথক হৌরকতুনা য়েন লাংখোরকই। লাংখোরকইবা মনুংগী য়েন অদুবু মনিং মান্নবা মপানগী পোংশক এনদা পান্দুনা, য়েন্না লাংখোরকপবু এম্না খোংবা ওয়না কেক্রক কেক হায়না পাওরৌনবনি। য়েন্না লাংখোরক্রবদি হকচাংগী ঈনিন ফাওরকই, মপাঙ্গন ফুদোরকই, শলগুম্না ঙাওরকই। শলগুম্না ঙাওখংলক্লবা অহুবু মো মো হায়না পাওরৌনবনি। লাংখোরকইবা য়েন অহুনা য়াংগী মরিন ইন্না চেঙ্করকপবু য়াংলেন শম্বা হায়বনি। মহাক্ন চেঙ্করকতুনা য়ৌরক্রবদি হকচাং তুজুঙঙকই মাহুবু শ্যাও শ্যাও হায়বনি। অথকপা অঙাঙবা য়েন ওয়বনা চেঙ্করক্রবনি হৈদোকখ্রো হায়ববু, য়েনখোং ফত্তে চংশিল্লো হায়না পাওরৌনৈ। য়ারবদি থকলোমদা চীংখৎতুনা লেমফুদা তিনহল্লু হায়ববু, লাইগী এল্লি চাভরোই হায়না পাওরৌনৈ। ঈচেল অসি নত্তনা, অঙাংস্মু নত্রবা অফকুওায় লৈবাক মীয়াম তিনহুনা শানরগা শস খোংবা এনখোংবা হৌনবে। মফম চাদবা মফমদা, অরেম্বদা কম্বীবু হৈদোকতুনা

মাংহনগনু। ভম্মগা থকন্নোনদা চৈংপংতুনা লেমফুদা থম্মু; ভমত্রগা মফম চাবা মফমদা কাম্নগদবা থবক্তা শিজিন্নৌ হায়বা ডাকপনি। পুকনিং, রাথন, হকচাং লারনবা পাওরেনি।

মিকোন থাগোনবগী মা থরা মথক্তা লাট হবাওবগী মতাংদা য়াওরে। মিরম, ভিনলম, লাইরম পুন্নমক মীতৈনা য়ামনা কুপশিন্না উরম্মী হায়বদু থৌরাই মি কোনবা হায়বা রাহে অসিনম্নু ডাকই। মাত্তাদি—মীতৈনা, লাইরেন ডাকনা লৈবাক হরাও কুমৈতবু তৌরবদি থৌরাই-মি কোলি। থৌরাই মি কোনবসি, শক্লী শেল্লিবা মী মীতুগী মনা মানা থংজবা মতু ইন্না কোনখৎ-লকফমদি ভিন্নরগা কোনশিনভম ভিন্নদবা য়াওই। চৈংনু-হুংতগী পুখংলক্লগা লোক্তাক ডারগা তুরেন মরিন ইন্না পুখৎলকই। নম্বুল তুরেন মপান্দা ডাবগীনা নম্বুলদা, তুরেন অচৌবা মপান্দা ডাবগীনা তুরেন অচৌবদা; ঈরিল তুরেন মপান্দা ডাবগীনা ঈরিল তুরেন্দা পু-খংলক্লগা, কনাগুম্বনা কৌত্রু চৈংদোনদা কোলি; বনাগুম্বনা ইমুংদা কোলি; কন না হকচাংমু দা কোলি। পুন্নমকসি অচুম্বা ডাক্তনি—থরাইমি কোনবা হায়রি; থৌরাইমিনা লৈরিবদি হকচাংদনি, মরমদুনা হকচাংদা কোলিবসি চুম্মী। থৌরাই মি পুংনা হিডিবা, মীওয়বনা লৈরিবা য়ুম অসিমু থৌরাই-মিগী লৈভমনি; থৌরাই-মিবু যোক্লনা থম্মী হায়বদগী য়োম কৌই; য়োমদগী য়ুম ভারকপনি। য়ুমবু ঈনা কোনরিবসি থৌরাই মি লৈ হায়রুনা কোনরিবনি; অদুনা য়ুমদা কোলিবা অসিমু চুম্মী। কৌব্রুনা লেমফু, কংলানা থোইদৌ, লোক্তাক্তা সন্নাতেঙ্গোং (ফম্বীকোন) তুরেন শিংজী

অহুম্না হকচাং কায়াৎ ওইদুনা লোক্তাক্তা তারগা ঈথাইদা তিন-দুনা অশিরনদা চেঙ্খিগ্রি। মতৌশুমনা মালেম মীতৈ লৈমনা, লাইগী মরোং লেপপী। মালেম মীতৈ লৈমনা লাইগী মরোং লেপপীবা অসিগী লেমফু ওয়রিবা কৌব্রু লাইকমদা কোলিবা অসিমু চুম্মী। কৌব্রুদমু কোনবা য়াবা মীওয়বগী য়ায়বী কোন-দমু কোনবা য়াবা অসিনদি—লাইনা ওয়রিবা মরোং অদু তাইবং হকচাংদমু ওয়রী হায়বা তাকপনি। মালেম মীতৈ লৈপাকনা লাইগী মরোং লেপপী হায়বসিবু, মীতৈ মরুপনা, ইশৈ ওয়না শকতুনা, লৈবাকী ইবুঙো ইবেমাশিংগী মফমদা পুং-শেন য়াওনা হৌনা নিঙ্গা শকউবদগা তানিদগা য়াওরমদুনা লৈবাক রাখোক ওয়নরিবনি। তাৎ তৌরগা কিদুনকা তোকখিদরা হায়দুনা, তিম্বা য়াদেকা হায়জিল্লকই পোংনি। হায়রিসি খরাইমু খঙি পোংনি। "হে খৌরই মঙামক, নিগা থানা তরুকমক" হায়না কোলি। অদুনদি—খৌরইদগা অহেনবা লাই অমা মীওয়বগী হকচাংদা লৈ হায়বা মীতৈনা য়ামনা মুননা খঙি হায়বা তক্লী।

থাবন চেংবগী মতমসি, হৌজিক্তা লমদাংগী থানিনদগী হৌনরে। মচীনচৈংদি— মেরাগী থানিন, লমদাগী থানিন, শজিবুগী থানিন অহুম অসিদা গোঙি হায়নরি। হৌজিকগুম্না মঙানি তরানি চোংবমু তৌনরমদে হায়নরি। লৈবাক পুম্নমক্ লৌউ লৌপান তৌরবগী চোকথরুরবা হকচাং অদু, লৌমু থারবা, ভেংবানবা মপুগী মতিক ময়ায় মপু ফানা উংথোক্লীবা মেরাগী থানিনমু ভাল্লবা; হাকনমু ইভদা হাকনমু শাদা মতমগী মুঙায়-

বনস্থ থম থেংলবা, থবক থানাগীস্থু খুৎ থরামক মহাউণ্ডবা মতমদুদা লৈবাক তরা তিন্দুনা হকচাং তেকথংহনসি, মপুগী মতিক ময়ায় শক শেন্দুনা য়ায়ফরোন তানসি হায়দুনা, লৈবাকী অথং অহৈনা চিংদুনা নোংমতগী ওয়না শানবা কুমৈনি হায়নরি। অত্তুগুম্না লমদাগী থানিনদস্থু, শজিবুগী থানিনদস্থু চেংনরম্মী হায়নরি। ময়াম তিন্দুনা হরাও কুমৈ তৌরবনিনা পেনহৌদদুনা চোঙ্করকই। হরাও কুমৈ শাংধনা তৌরবদি লৈবাকী অমাংবা লৈবনা; অহন লমম্না মঙানিদগী তেনবা য়াদে হায়না থিংনরকই। হৌজিক্কি বারুণীগী তুমিদাং ফাওবা হায়বা অমা চৎনরকই। মাসিদি— হরাও কুমৈদা তাওধত্রবা হায়বগনি। তাওধত্রিবা অসিনা মমৈদা করি ওয়রগবা! অরাবনি!

—)•(—

## চৈরাওবা অমসু শরোই থাংবা

লমদাগী থাংজ অহানবদগী শরোই থাংবা হৌদুনা, থা অত্তগী থাংজ খুদিংগী শরোই থাডি। শরোই থাংবা অসিবু শিংথেক শিংথাবস্থ কৌই। চহিগী অরোইবা সুমিংকি অহিং নোংয়াইদা শিং শংলি। নোঙাম্লগা চৈরাওই। মাসি মীতৈগী কাইতত্রবা ঈনাংনি। হৌজিকী মতমদা থরা শমজিন্দুনা থাংজ অহানবা থাংজ অকোনবা হায়দুনা শরোই অনিরক্কমক থাডে।

মাসি য়াম্না কুইরক্লবা হৌজিক্কী মতমগী চৈথারোন কুম্বাবনা য়ৌবা ঙমদ্রবা মতম্দগনি। লাইরিক ময়েক, মশিং ময়েক লৈত্রিঙৈদা মীওয়না পানংদা নুঙায়নবা চংনরম্বা পাথাপ অমনি। মতম অদুগীদি মীওয়বগী মরক্তা ওন্থোক্লা চাওখৎলবা থাক অমনি। শরোই হায়রিবা অসি মতমনি। খরাইদগী পিকপা মতম্মু মীতৈনা মিকুপ কৌই। মিকুপ ৪ না মিহুন ১ নি; মিহুন ৪ না নিংশা ১ নি; নিংশা ৩৬০ না পুং ১নি; পুং ৭॥০ না য়ুথক ১ নি; য়ুথক ৮ না নোংমা শাই। অদুনা নোংমদা পুং ৬০ নি; নিংশানা ২১৬০০ রক হেল্লি। (ইংরেজী মিনিট ১ দা ১৫ রক হোনবগী চাংনি) ডাক্তরশিংনা, মশা ফবা মী অমনা মিনিটতা ১৮ গী চাংদা হোল্লি হায়। অদুবু তুম্বা চাবনা চিংবদা নিংশা চাওথোকপনা মিনিটতা ১৫ গী চাং অসিনা চারে। কনাগুম্বা অথং অহে ইবুংগোশিংনা, মীতৈগী পুংশিংশি য়ামহল্লি। লাইনা থরা পুঘি, তান য়ৈবনা পুংখাদা থরা ননশিন্দুনা থম তৌরগা নোংমদা পুং ৬৪ লেপহল্লি। মতম্মু লাইনা পুঘি, পু য়ৈবনা পুংখাদা নন-শিন্দুনা থম্মী হায়বসি নতে চাদে। পুংখাদা ননদুনা থম্মী হায়বসি, পুংয়ৈরিঙৈগী মতম কাইথোকপা ওয়বা তায়। অদু ওয়রংদি পুংয়ৈবনা থুনা য়ৈরগনা কমদৌবা? তপনা য়ৈরগনা কমদৌবা? অঙকপনি! লাইনা কৈদৌনবা পুংজা পুগ্রিবা, মাহু ইবুঙোশিং অদুনা থংবিরম্দগনি। শরোই খাংবা হায়রিবা অসিদি— নোংমা কৌবা মতম্মু নিংঝংবনি। নোংমদি পুং ৬০ না শাই; মফম্মা লৈবগী পুং কৌবা মতম্মা চৎপনি, অদুনা

মফমগা থানা শরোই ৬১ নি। শরোই খাংবদা নিংঝঙিবা নোংমা কৌবা মতম অসিদি—চহি অমদা মুমিৎ ৩৬৫ মীতৈ পুং ২৫ না (ইংরেজী পুং ৬ কি চাং) চহি অমা চপ চায়। চহি খুদিংগী পুং ১৫ | ১৫ লৈহৌরিবহু পুনশিল্লগা মরিস্নুবা চহিদা নোংমা ফাহুনা মুমিৎ ৩৬৬ না চহি শায়, নোংমা চাওখৎলক্তে। শরোই খাংবা হায়বা থবক অহুনা, চহি মরিগা মন্নুংদা নোংমা চাওখোরকইবা মুমিৎ অসি পুথোকপা ঙম্মা। মাহুদি—কুমশি মুমিৎ থোকপদা শরোই খাতে; নোংমৈদি মুমিৎ য়ুংবদা শরোই খাংগনি; মথংগী চহিনা য়াচংবদা খাংগনি; মরিস্নুবা চহিদনা নোংয়াইদা খাংগনি। শরোই খাংবা অসিনা মরি মরিস্নুবা চহি পুথোক্লগা, মরিস্নুবা চহিদা নোংমা হাপচিন্দুনা মুমিৎ থাগী থোংচংপু কায়দন চংথরকই। অশুম্মা চৎনরম্বা মতম অহুবু—হরিচক, হয়াচক, খুমচক শাংবচক, কৌই হাংহুনা হায়নৈ। লমদাদা অয়ুক্তা শরোই খাংলবদি, শজিবুদস্তু অয়ুক্তা চহি হৌবা তারে। কুমশি অয়ুক্তা চহি হৌরবদি ওল্লকপদা মুমিৎ য়ুংবদা, মথংগী চহিনা য়াচংবদা, মরিস্নুবা চহিদনা নোংয়াইদা চহি হৌহুনা, লমদাদা চৎখিবা থোংচৎ অহুগা কায়নদনা চৎলি। চহি অমগী থা ১২ গী অরোইবা লমদাদা, চয়োল ৭ কি অরোইবা থাংজদা শিংথেক শিংথারি। মাসিনা তাকইবদি—মচীনঙেদা চহি অমগী মুমিৎ মশিং পাবসি শিংথেক্হুনা মশিং থারম্মী। শিং মশিং য়াম্মবদি খুদোং চাদে, অশোইবা নায়। মরম অহুনা চয়োল অমগী মুমিৎ ৭ | ৭ নিদা শিং ১ | ১ থায়। থারিবা শিং অহু ৫২

শুরগা চহি অমা কায় হায়বা থংনৈ। য়ুম খুদিংগী ওয়না শিং থেক-তুনা মশিং থারকইবাচৈশিং অদু লমদা য়ৌরতুনা চহি ফরক্লে হায়তুনা লমদাগী থাংজা অহানবদগী হৌনা ময়াম পুনশিন্নতুনা, থাংজা খুদিংদা থা অতুমা চুপনা নুমিৎ মশিং পানতুনা অচুম অরান চুমখোকনৈ। শরোই থাংবা মতমদা লৈই ৭ চিঙিবা অতুনা, চহি অমগী নুমিৎ মশিংবু চয়োল তরেংনা য়েল্লগা, লেম্মীবা নুমিৎ অদু হাকুন চৈরাওবদা ওয়ঘিবা নুমিৎ অদুগী মথংনি থংতুনা, কুমশিনা নুমিৎ অদে চৈরাওবা তায হায়বা থংনৈ। কুমশি নোং-য়াইদা শরোই থা বা তারে; অদু ওয়রবদি মরি সুবা চহিনি থংনরে; মরিসুবা চহিদি নুমিৎ ৩৬৬ না শাগনি। ৩৬৬ তা ৭ না য়েল্ল-বদ ২ লেপ্লে। অদুনা হাকুন চৈরাওবদা নোংমাইজিং নুমিৎ তাঘি হায়না লৌরো, অদু ওয়রবদি কুমশিদি, ৭ না য়েনবদা লেম্মীবা নুমিৎ ২ নি অদু হাপচিন্দুনা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা চৈরাওবা তারে হায়না থনগনি। থা ১২ না ওয়বা নুমিৎ মশিংবু চয়োল ৭ না য়েনতুনা নুমিৎ মশক পুথোকপবু লমদাদা শিংথেক শিংথাবা কৌই। মিকুপ, মিহুন, নিংশা অসম্ব মতমনিদি হায়ববু, মতমশিং অসিগা মন্নুংদা থবক থানা থোইদোকপা মশক নায়বা অমতা তৌবা নংদে, মরম অদুনা মতমশিং অসিবু মমিংতা ওয়না থম্মী, মশক নায়নদি থমদে। পুং কৌবা মতমদি, মহাক্কী মন্নুংদা মশক নায়বা করিগুম্বা থবক থরদি তৌবা নঙে; মরম অদুনা পুংবুদি নোংমা কৌবা লাইগা লোয়নবনি হায়তুনা শরোই কৌতুনা মশক নায়রে। মতম হায়রিবা অসিদি, চৎতুনা লৈরিবা

থবক অহংগী মমিংনি । থবক্তি মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীতুনা ভৌবনি । অদুনা মতমদি মহৌশা লাইরেম্বীগী মশক্তি । মাসি খংদুনা, শরোই খাঙিবী ঈমা ঈবেনশিদুনা মাইকৈনা ফীজেং-নরিবী মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীবু নিংঝংবদা মফী তাইদোক্তুনা জগোই শায় ।

লমদাগী থাংভদা সন্নমহী য়ুরংবা, শজিবু চৈরাওবদা সন্ন-মহী য়ুরাংবা মাসি মীতৈনা কায়নরকত্রবা ঈনাং অমনি । সন্নমহী য়ুরাংববু, হৌজিক্কী মতমদা সন্নমহী সিদ্ধ থিনবা হায়না চংনরে, সিদ্ধ হায়বসি ময়াংলোন ওইগনি । য়ুরাংবা হায়রগা য়ু থকঅম-বগী রা নিংঝংবনি হায়দুনা ঈকাইনরে । হোই, মীতৈ য়ু থক্-অমবগী রারী ফডি, অদু ওয়দুনসু ময়ায় কাবা য়ুবু লাইদা শোয়দনা মকৎলম্মগনি হায়বসি তাংদাংবা হায়বা ঙমদে । মীতৈ য়ু থকঅমবগী রারীগা, সন্নমহী য়ুরাংবা রাহৈ অসিগা চানমন্দুনা, সন্নমহীদা য়ু কৎলম্মী হায়জিনবনি, কৎলমদবসু য়ায় । কংলবসু কৎলমসনু মাদুনা করিসু চোপপা থোকত্রি । কনাগী মপা মপুদশা চারমদবা য়ু থকঅমদবা য়াওবগে ? চাওখংলকপগী মতুং ইন্না, ঈশাদা কান্নবা কান্নদবা য়েংদুনা থাদোকনরকপা মক্তনি । য়ুরাংবা হায়বসি য়ু কৎপগী রা নত্তে । লাইদা কংলিবদি—ঙামু অচংবা, চেংহরাই মতেক অনৌ মনা মশিং শংনৌ মথেন লূমাই চোন্না অথেনপোৎ শেমদুনা কংলিপোংনি । সন্নমহীদা কৎপা মতমদা, মীওয়বনা চারিবা মোরোকপু অশাবনি লাইদা কৎপা য়াদে হায়দুনা হাপনত্রি । অদুক ময়ায় কাবা য়ু অদুবু

লাইদা কংলমগানি চিংনবা ব্লাকমনি। চাক্তগী মনিল লৌদুনা শুংবা পোৎ অমবু য়ু কৌই। মীওয়বনা চারি থকইবা পোৎশিং অদুবু হকচাংগী মৈনা তুমহল্লগা শুভিবা ময়োন মচী অদুস্তু য়ুনি, য়ু কৌবা য়ায়। মহাকস্তু য়ুগুম্না ময়ায় কাবা পোৎ অমনি। নুমিৎকী মৈশানা, থৌরাই নিংশা হোল্লিবা খুদিংমক্তা মীহীংশং হায়বা মৈ অদু ওয়ত্নুনা চংহনা লৈ। থৌরাই নিংশা হোল্লিবা খুদিংমক্কী মশা অদুবু য়ুম অমমম ওয়না লৌরগা নুমিৎকি মৈশাবু সন্নমহী কৌহনা, সন্নমহীনা য়ুম্বুম খুদিংদা লৈববু নিংঝংনবা মীতৈগী য়ুম্বুম খুদিংদা সন্নমহী খুভম য়াহনা লাৎপনি। সন্নমহীদি নুমিৎকী মশকনি। নুমিৎনা নোংখোং কোইরুবা থুঙদোরে মতিক মডান ফাওরক্লে (নুংশা হাইগংলক্লে)। নুংশা হাইগংলকপগা লোয়ননা মীওয়বগীস্তু য়েন লাংথোরক্লে। লাংথোরকইবা য়েন অদুদি সন্নমহীনা পিনবনি। অদুনা ইবুঙো নহারা পিনবা য়েন অসিনা, নহাক্কী তাইবং শনবা হায়বা থবক অতত্তদা শিজিন্নহনবিয়ু; মীওয়বগী কারাম চাওবা ব্লাখন্না, অরেম্বদা মাংহনগে নিংহনবিগনু হায়না মপুগী মপোং মপূদা পুকনিংনা কৎশিনববু সন্নমহী য়ুরাংবা কৌই। য়েনবু য়ু ওয়না হায়রুবতনি। মাসিগী খুদস্তু ঙামু উশিন তৌরিবা অদুনা চুক্লি। তাইবংপানবগী মপু অপোকপনা পোক্কে হায়দুনা, মীওয়বগী ময়োন মহীদা ঙাগী মশক ওয়না লৈ। অদুগুম্বা অপোকপা অদুবু ইশাদা য়োকতুনা থম্মু হায়বা তাকপবু; ঙামু ঈশিংদা থাদোকতুনা য়োকপনা নিংঝংনবনি। অসিগুম্ন শজিবুদস্তু ঙামু উশিন তৌই।

কুমগী লাকয়েন হায়তুনা, শক্তিবুগী নুমিৎ মঙানি শিনহেন্নবা অসি মীতৈগী ঈনাৎনি। মাসিন্দু হৌজিক্কী মতমদা চৈরাওবা মতুং মঙানি হায়না চৎনরে। মাত্ত অন্নানবা ওয়্যগানি। মীওয়বনা চহিদা পাতুনা মতম শিজিন্নবা নুঙ্গায়তে; অদুনা থাদা পানা শিজিন্নে। মীতৈনা থানা শাবা চহি, নুমিৎনা শাবা চহি অনিমক শিজিন্নবনা নুমিৎ থা পাবা হায়নৈ। থানা শাবা চহিগী নুমিৎ মশিংদি ৩৬০ তনি; নুমিৎনা নাগী মফম য়োরগা শারিবা চহিনা নুমিৎ ৩৬৫ নিগা মশুং চঙি। থাগী চহিনা, নুমিৎাক চহি য়োংদবা নুমিৎ ৫ নি রাংলিবা অদুবু কুমগী লাকয়েন হায়দুনা নুমিৎ ৫ নি হাপতুনা ঙাইরগা নুমিৎ মশিং শুবা নুমিৎকি নোংয়াইদা চহি অমগী নুমিৎ থারকইবা শিং অদু শংলে (লৌ-থোকলে)। মাশিবু শিং শংপা কৌই। নোংঙাল্লগা চৈরাওতুনা অনৌবা চহি হৌই। অসুমনা নুমিৎ ৫ | ৫ নি হাপতুনা চৎলিবা অসিনা শুপচিল্লক্লগা থানম্নরতুনা থা অনি পানবা য়াওরে। থানম্নরবা মতমদা অহানবা থাবু অমাংবা থানি হায়দুনা য়ায়ফ থৌরম তৌনদে। মতৌ অসুমনা কুমগী লাকয়েন ৫ নি হাপতুনা চৈরাওরিবা অসিনা নুমিৎ থাগী থোংচৎপু কায়নদনা মীতৈনা চৎলক্লী। চহি অমগী নুমিৎ মশিংবু চৈ থাদুনা পারিংসি য়ুম্বুম খুদিংগী তৌনরবসু. লৈবাক নিংথৌগী ওয়না, নিংথৌনা, নিপা অমবু মথৌ কায়থোকতুনা হাপপী, মহাকপু কুম অদুগী চৈথাবা হায়না লৈবাক্তা থংনৈ। ঙসিদগী হৌনা অনৌবা চহিগী চৈ থাবা হৌরগনি হায়না লৈবাক্তা লাওথোকপবু চৈরাওবা কৌই।

চৈরাওবা চৎরিবসি, শকোক কাংলৈরোদা য়াম্না নুঙাইয়রবা য়ারী অমা ওয়না লৈরি — শেরেরেন্নাচিংবা লাইয় মগা, হাওয়ামগা লম-মুন্নবগী য়াথেংকা লাই খুনাইতিন লালুপ শিন্দুনা লাইগা হাওগা চৈরাপ ফমঘি। চৈরাপ অমদা চাঁউ লাইপাঙ্গনবনা য়ায়েন তৌঘি। পাঙ্গনবগী য়ায়েনদা— লম অসিদি লাই নহোয়স্তু লৌরস্তু; হাও নহোয়স্তু লৌরস্তু; মতম লৈবা খিবিক্তা নখোয় নখোয়গী নতিক নয়ায়তা শকতুনা লৈরবা ইশৈ থৌগলবা মরুপতা পিরসি হায়দুনা, হাওস্তু লাইস্তু পেল্লবা য়ায়েন তাওধরকই। পাঙ্গনবগী য়ায়েনদা হাওস্তু লাইস্তু পেল্লগনা ওসিদগী হাওগা লাইগা লম অসিগী মরম ফীগে শেনরে হায়তুনা চে পায়তুনা লাওঘি, মাতুবু চৈরাওবা কোই। লই খুনাইতিন লালুপ ফমঘিবা নুমিৎ অতু চহিগী অরোইবা নুমিংকি অহিং নোংয়াই শিংশংপা নুমিৎ অসিদনি হায়।

—— o ——

## কাং শানবা।

শজিবু চৈরাওবা নুমিৎতগী কাং শানবা হৌই; মাসিস্তু মীতৈগী ঈনাং অমনি। কাং শানবগী কাংলেন অসিদা, য়েক শলাইগী মশক মুন্না তাল্লী। মাদুদি— কাং শানভম কাংশং অতু চহিগী মশক্তি, শানরিবা কাং অতুনা নুমিৎ কৌবা লাইগী মশক্তি।

মুমিং হায়বসি— অতিয়াদা, মহাক্কী খোংচং অমগী মমুংদা তাওদুনা পাইরিবা অকোইবা পোং অমনি । মুমিংনা শক্তিবুদগী অরাং-লোমদা য়াংনা পাইথংলকপবু, কপ্পগা পাইদুনা চংপা অকোইবা কাং অমনা শানদুনা নিংঝংবনি । চহিগী মশক লাক্লীবা কাংশং অদুদা লমধা কাংখুন তরেং, চেকফৈ কাংখুন নিপাল হল্লিবা অদুনা তাক্লিবদি— চহি অমগা থা তরানিথোইবু, শকক্রম মানবা থা ২।২ পুনশিন্দুনা থারুক তরুক থোক্লা খায়দোকই । থাগী চহিনা, মুমিংকি চহি য়োগদবা মুমিং ৫ নি রাংতুনা, কুমগী লাকয়েন ৫।৫ নি হাপখ্রিব অদুনা থা ফারগা থারুক অমা চোংখোরকই । অদুনা চহি অমগী মমুংদা থারুক তরেংনি হায়না চংনৈ । থারুক অমগা অমগা মচু ময়েক তিনদে,— শক্তিবু কালেনগী শেলবা অতিয়াগী মচু ময়েক্কা; ইঙা ইঙেন-গী নোংপুবা অতিয়াগী মচু ময়েক্কা; থরান লাংবনগা ঙাহাকসু নোং মরৈবা, ঙাহাকসু নোং মহাইদোকখিবা অতিয়াগী মচু ম-য়েক্কা মচু ময়েক ইতিন তিনদে । নিংথম থাগীসু মেরা হি-য়াঙ্গেগী লৈচিন নোংফাই হাইফেং থাংবা অতিয়াগা; পোইসু রাকচিংগী লৈচীন কুংনা থাবা অতিয়াগা; ফাইরেন লমদাগী লৈচীন তাকপ্রবা অতিয়াগী মচু ময়েক্কা ইতিন তিনদে । থারুক তরেং হায়না চংনরিবনিনা মচু অমগা হাপচিন্দুনা, মচু ময়েক তরেং শুই । মাদুবু য়েক তরেং কৌই । ময়েক মচু তরেং শুরিবা চহিবু, চহিগী মশক লাক্লীবা কাংশং অদুদা, লমধা কাংখুন তরেং য়াংতুনা চহিগী মশকপু নিংঝংবনি । চহি অমগী মুংশাগী

মৈশা অসি থা অমা মথাই মথাইগী চাংদা মুংশাগী মৈশা মান্নবা চংলি। অদুনা চহি অমগী থা তরানিথোইবু থা অমা মথাই মথাইদা য়েঙ্খোক্লবদি নিপাল থোকই; নিপাল অদুবু শলাই নিপাল কৌই। চহি অমগী মুংশাগী মৈশাবু নিপাল থোকনা খাইদোকপবু, চহিগী মশক লাক্লীবা কাংশংদা চেক্‌ফৈ কাংখুন নিপাল চন্দুনা চহিগী মশকপু নিংঝংবনি। চেকফৈনা থা অমগী মশকনি, লমধানা থারুক্কী মশক্‌নি। চেকফৈ অনি পাল্লগা লমধা অমা কাপপী অদুনা থা অনিনা থারুক অমা শাই হায়বা তাকপনি। কাং শানবগী কাংলোম্মা য়ামনা শুগাইনা তাক্লী— কাংলোনদা অরৌ অশি হায়বা অমা, অচং অহন হায়বা অমা অনি শুরি— মত্তাইগী লমধানা পাল্লগা, শিবা'মা লোবা'মা অনিনি। মাসনা তাকপাদ, মত্তাইনা কাংশংগী অরেপপা মশক ওয়বনা, মত্তাইদি চহিগী মশকনি। চহিগী শকফম অত্ত মপুং ফারগা, চহিগী মশক অত্ত মাংঘি; নাংখ্রিবা চহি অত্ত মশিং থিজিন্দুনা লোই। অদুনা চহিবু অশি, অরৌ কৌই। মরক্কী লমধা পাল্লে— চংবা'মা, হনবা'মা অনিগী মরক্তা অমা তোবা তারে। মত্তাই মথং লমধা পান্দুনা কাং চঙে— কাপকম্মা, মতাই মথংগী চেকফৈ কাংখুন্দগী কাপকনি। কাংথাভম শম্মুম মফৈ অমতা হেন্দোকপা য়াদে, চপচানা থারগা কাপকনি। কাংথিনভম্মা অনিমথংগী লমধা কাংখুনগী মপা চপচানা চংখংতুনা থিনগনি। কাং চঙবা অদুনা পাল্লগা, কাপপীবা কাং অদুনা কাংথিনভমদগী শম্মুম মফৈ অমতং হেন্দোকপতা পাঙ্গন লোরোই; কাংথিনভম চপচানা নন্দুনা

লৈরগা পাঞ্জন লৌগনি । মতাই মথংনা কাং চংবদা কাপপীবসি চেকফৈ কাংখুন অমগা মথাইগী লমনি । অদুনদি চহি অমগী থা তরানিথোইবু, থা অমগা মথাইনা শলাই নিপাল থোকনা থায়দোকপবু চেকফৈ অমগা মথাইগী লম মরক চংদুনা শলাই নিপালবু নিংঝংবনি । কাং হল্লগা কাংখুন পুন্নমক লান্না ফৈনা থুংনা কাপথোকই । মাদুনা চহিনা হঙ্গিন হঙ্গিন চংতুনা লৈ হায়বা নিংঝংনবনি । কাং শানবগী থায়বোক চল্লগা পন ওন্দুনা কুম্বী কালেন ওন্নববু নিংঝংনৈ । মতাই অচৌবনা শজিবুগী মশকনি, মতাই খুৎশিনা মেরাগী মশকনি । মতৌ অমুম্না চহি অমগী মশাবু য়েক তরেৎ, শলাই নিপাল থোকনা থায়দোক্লগা কাং শানবগী কাংলোন ওয়না শেমদোকতুনা কুম্বু (চহি) নিংঝংনৈ।

য়েক, শলাইদি মীতৈগী ঈপা ঈপু পোকপা, অপোকপা লাইনি । ঐহাক্তি য়েক অতনি, য়েক অদুগী চাদ নাওতানি হায়না ময়েক নায়না চংনরিবসি মীতৈ ঈনাৎনি। য়েক তরেৎপু পোকপদি পাখংবনি। অদুনদি ময়েক তারে— মীতৈনা চহিবু লাই পাখংবা হায়দুনা মশক পানবনি । চহিদি মফম্না পোকপনি, মফম লৈত্রবদি চহি লৈরোই । মফম্বু শোরারেন কৌই, অদুনা পাখংবাবু শোররেননা পোকই হায়রবদুসু কায়নদ্রে। পাখংবনা, য়েক শলাই পোকই; য়েক শলাইগী মশকতি মুংশানি, মুংশাগী অমুপ্পা মশকপু চহি কৌই । মুংশাদি মুমিৎ লৈরগা থোরকপনি, মুমিৎনা হাল্লি। মুমৎকি "মমুৎপু" (মুমিৎকি ময়োনদা লৈবা মৈশা) সন্নমহা কৌই । অদুনদি, সন্নমহনা

পাখংবগী ময়াম্বনি হায়রিবচুসু কায়নদ্রে। মাসিবু সম্নমহী নোংখোং কোইংগী ৱারীনা ফজনা তাক্লী— শোরারেনগী য়াথং মতুং ইন্না সম্নমহীনা কোইবদি নোংখোংনি। লৈমরেননা তাকপা মতুংইন্না পাখংবনা কোইবাদ ফানখেংনি। মুমিৎনা মপান চাংজো পনলেপ্তুবা কোরো নোঙাদোন কোইরুংদা কুম্বী কালেন চহি অমা চঙি। থানা মুমিৎকি মপাদগী লাম্থোরকতুনা মালেম কোইরুরগা হান্নগী মপা য়ৌরকপদা মুমিৎ ৩০ নি চঙি। অমুম্না ওয়রিবা মুমিৎ থাগী খোংচৎ অসিদা, অমুক কোইরুবা থুঙারে হায়বা মীওয়বনা উবদি, থানা মালেম কোইরুদুনা থুঙাবনা হাল্লি। মরম অদুনা পাখংবসু লোয়দাম থাজ পাখংবা হায়নৈ। পাখংবনা কোইবদি ফানখোংনি, ফানখোংদি মালেমবু হায়র্বনি। মালেমবু কোইরিবদি থানি, নোংখোং কোইরিবনা কুমিংনি। অদুনা সম্নমহীনা মুমিংনি; পাখংবনা থানি।

মীতৈনা, মতৌ অমুম্না শক্তিবু কাংশানবদা সম্নমহী, পাখংবা য়েক, শলাই পুম্নমকপু নিংঝনৈ। মাসিদসু নত্তনা কাংশানবা অসিদা য়াম্না ফজরবা রাখুন অমা লৈরি। চেকফে কাপপসু কাপপনি, লমধা কাপপসু কাপপনি; অৎবু চেকফে কাপপবুনা তানবা কৌই; লমধা কাপপবুনা ইনবা কৌই। চেকফে তানবা মতমদা লেপথংতুনা ফী তাখংতুনা তাল্লি; লমধা ইনবা মতমদা খোংগ্রাই চন্না ইল্লি। মাসিনা তাক্লিগদি— কুমগী লাকদোরিবা নোংজু মুংশা অত্থু অকিবা লৈতনা মাইয়োকনদুনা, নিপা খোঙ্কা ফী তাখংতুনা চেকফে তানবগুম শুরগা; মুডায়না খোংগ্রাই

চন্দুনা লমধা ইনবগুম চাগনি অসিনি। চেকফে তানবদি রাই; লমধা ইনবদি মুণ্ডাই। অরাবা চেকফে তান্দনা, মুণ্ডায়বা লমধা ইনবা য়াদে। অতুনা, রানা শুরগা মুণ্ডায়না চায় হায়বা পাণ্ড-তাক অমা কাং শানবা অসিদগী খুনজন্নিঙ্ঙাই লৈ।

---

## শনজেন কাংজৈ।

শনজেন কাংজৈবু, খোংনা চেন্দুনা শানৈ হায়তুনা খোং-কাংজৈ হায়না খংনরে। অতুগা শনজেন কাংজৈ অসিবু পানা কাংজৈসু কৌই। শনজেন কাংজৈ কৌবগী মরম্দি— কায়াংশিং অসিবু শা কৌই— শামু হুকচাং হায়নরিবগুনি। কায়াংশিংনা ঙাওখংলকপবু অঙাওবা শনগা পান্দম তৌহ্না, কায়াং খুত্তুম চন্নবা হোংনববু শনশেনবা হায়রুবনি। মন্নুংগী রাখুনবু মপানগী থবক অমদা পানশিন্দুনা— শনজেন শনঙাক ঙম্বা অঙাংশিংনা, শনজেন শনঙাকপদা শানদুনা নিংঝংবনি। কাংজৈ শানবসি, মোইরাং কংলৈরোন্দা য়াওদুনা থম্বা, নোংবান কাংজৈ শানহল্লি। কংলৈরোন লাইরোনদা য়াওরম্মীবা থবক অমবু, ইচম চম্না হেক্তা শানবা থবক অমনি হায়না লৌরবদি, চম্মনদুনা কানগদবা পাও-তাক খুম্জিনবা ঙমদবা, চনিং তাদবা ওয়না থোকপসু য়ায়।

থম্বা, নোংবানগী কাংজৈশি কেগেগা, মোইরাংগা খুম্নক খুনথা শানহল্লি। কাংজৈ অতুদা, নিংথৌসু মথং থনবা চীংখুবসু অনিমক য়াওদে (য়েংদে)। থোইবী লৈশাবীনা, কাংজৈদুংদা থম্বা, নোংবানগী মুকনা কাংজৈগী থংনরকপগী রায়েন তৌররি। পুন্নমক অসি কুম্না অস্তম অস্তুম থঞ্জিললূরগা, য়ামনা রাংলবা রাখুন অমগী শককম চপচানা ভঙ্কোরকই। মাতুদি— শগোল কাংজৈদা চাওরবা হুমিংকি মশাকপু পিকশিন্না কাংক্রুন ওয়না পুথোকতুনা শানবনি হায়না মথক্কা হাংত্রে। শনজেন কাংজৈ অসিদসু, হুনিংপু কাক্রম ওয়হল্ল; অতগা রাপুদি তিন্নদে। শনজেন কাজৈদনা— হুমিংকি ময়ায় হুংশাগা লোয়নরকইবা, কুপত্রবা মতিক অতনা থোরাইপানবা খুদিংনক্কা চংহনা থোরাই পাঙ্গল পিরি। হুনিংকি মতিক অংনা, চাখি থকখিবা পুন্নমক তুমহল্লগা মহা, ঈ, তো, শা, লু, হাও অনসুং ময়োন মহী হায়দুনা শয়োন তরেং চীংথংলকই। তরেং শুবা ময়োন মহী অতুনা চাবা থকপা তুমহল্লিবা মৈ অতুগী মপাঙ্গল পি; অমুকসু মৈ অতুনা ময়োন মহা অতবু শুডিও। অসুন্না মীওয়বদা চংহুনা লৈরিবা কুপত্রবা হুনিংকি মতিক অতবু; চাওথোকনা কাংক্রনগী মশক ওয়না পুথোকতুনা নিংঋংবনি। মীওয়বদা চংতুনা লৈরিবা থোরাইগী থোরাই ওয়রিবা হুনিংপু কাংক্রনগী মশক লাক্লগা, মহীমচীদগীনা, ময়োনমহী ফাওবগী শয়োন তরেংপু; পনভাকপদগী পনজেনবা ফাওবগী কাংখুং তরেৎ ওয়হল্লগা, পাঙ্গনা কাংজৈগী মশক ওয়হনা, অপাম্বা, হুংশবা অনিগী কাংখুং তরেৎ তরেৎ

ম্যাকপাক তানহুনা মাগী মাগী পাঞ্জনভম য়ৌনবা মুন্নরকপনি— চীঞ্জাকগী ময়োন মহীগী ময়ায় ওল্লি। অয়াক অশা, অতেক্কে অহাও চারগা, মহীময়ায় কননা অপাম্বা ওল্লি; অচম্বা চারগা মহীময়ায় ইভহুনা মুংশিবা ওল্লি। অহুনা অপাম্বগীসু কা খুৎ তরেংনি; মুংশিবগীসু কাংখুং তরেংনি— মহীমচাদগীনা, ময়োন-মহী ফাওবগী শয়োন তরেং অহুবু— ময়ায় কনবা চীঞ্জাক চারগা অপাম্বা পোকখিবা কালুপ তরেং অমা; অচম্বা চীঞ্জাক চারগা, মহাময়ায় ইভহুনা মুংশিবা পোকখিবা কাংলুপ তরেং অমা হায়-হুনা অনিথোকনা থায়দোকপনি। মোইরাং কংলৈরোনদা য়াও-রিবা থম্বা, নোংবানগী কাংজে অসি খুন্থক্কা খুনথাগা পানা কাজৈ শানবনি। হৌই, মোইরাংগী ররা অসিনা রারীশিংবুন (হিষ্টরী) ওয়রবদি মথা লৈকাই, অরাং লৈকাই শানবা ওয়না লৌরসি। অহুবু, মোইরাংগী রা অসিদি কংলৈরেন হায়রিবনিনা রারীশিংবুনদি (হিষ্টরীদি) নত্রে। থোকখিবা থোদোক ময়ামগী রারীশিং, পুনসিন্দুনা থম্ববু, রারীশিংবুন কৌই। অমনা, ফজিবা রারীশিং অহুনা— মতম অহুদগী অহুম তোরক্লে, অহুম চংনরক্লে হায়দুনা রারী শিংবুনগী মচাক্তি থোকপা, হায়রিবা রারশিং অহুমক তশেংনমক থোকখিবা থোদোকমক্তি হায়বদি লৌবা য়াদবা; অহুগা রারীশিং অদুগী মমুংদদি নীওয়বগী কান্নবা পাওতাকমক্তা ফুমদুনা লৈবা অদুবু পুয়া কৌই। মোইরাংগী রারীসিদি পুয়ানি; পুয়ামকসু অচৌবা পুয়া ওয়ঘিবনা কংলৈরোন হায়নরবনি। মোইরাং কংলৈরোনদা, নোংবানগতবু প্যারবদি থম্বা

কৌই। য়ুরেপ্পনগী খপ্পানা, অতোম নোংবানগা পাবসি পানা কাংজে শানবসিনা অহানবনি। মাসিগী মমাংদদি নোংবানসি, তারীময়ুম নাম্মোই খপ্পাগা পারম্মী। নাম্মোই খপ্পাবু নোংবান্না লাকচে; অদুনা নোংবান ইঙ্কুনবা য়ুরেপ্পম খপ্পা চোংথোরকপনি। নোংবানগা পাবা খুদিংমক খপ্পা কেরিবাসি; রাখন তৌবা মীনা মমিং কৌজরম্বাদনা হায়রুনা নিংথোকপা ঙমদে; করিগীনো হায়বা মরম খিজিন্নঙকই। মমিংশিং অসিনা লংঙীন ওয়রুনা রাখুন অদু চিংথোরকই— তাইবংপানবদা কুইনা হিংদুনা লৈববু নোংশাংবা কেঙ; তাইবং মরোং মনদুনা শিরববু নোংমনবা কৌই। অদুনাদ "নোং" রাহৈ অসিনা তাইবংপানববু খানরে। হন্দকী মপোক্কা ইশাগী মুঙায়নবতা খন্দুনা পাল্লিবা; হয়েং মপোক্কী হায়বা খলসুদ্রবা; লাইরমলেনবু থাজদ্রবা; তাইবংগী ওয়বা রাখনদদা লুপতুনা পাল্লিবা অদুবু নোংবান কৌই। তাইবং হকচাং মরোং আসাদ লেপতবান, মাংঘিবা নায়; মংদবদি "ঐ" হায়বতুঙনি। ঐবুদি, খুংলাইনা ককবংপা ঙমদে; মৈনা চাকপা ঙমদে; ঈশিংনা পুমহনবা ঙমদে; মুংশিংনা কংহনবা ঙমদে হায়বা খংদুনা, তাইবংগী ওয়বা রাখনবু থরোইরক্কবা; মাংদ্রবা, অরেপপা, অথম্বা অমা তালকইবা অদুবু খম্বা কৌই। অহানবগী অসিনা মথা তাবনি, খুনগানি। অকোনবগী 'সিনা মথক যোংবনি, খুমুকনি। নোংবান ওয়বা রাখনদি অমুক হোৎনরুবা নায়দে, অঙম্বদা ঈশিং চেক্কবগুম অদুম ওয়জরকপনি। খম্বা ওয়বা পুকচেন্দি তরাই তকৌদে। অরেপপা অচুম্বা অদুবু তানবগি

মীপুম্মমকম্তু পাম্বা ঙাক্তনি। অদুনা পামদুনা অরেপপা অদুগী তারীমপান্দদি মরেপপুরি, অদুগা নিপাথোকনা ফংনবা মইল্লগে হায়বদি ঙমদে। করিগুম্বা অমা পাংথোকপবু নাবা কোই— লৈরং নাবা; খোংবাননাবা, লৌ নাবা অসিনচিংবা কয়া। অদুম্বা অছুগী মনাক্তা, পাম্না শানা মরেপপুবা, অইনবা অমদি তাঙ্গলুদবা, অদু ওয়রবাদ নোংবান ওয়বা রাংখম্না লাকচে। মাদুবু— নাবা+ ছম্মোই=নাঙম্মোই= নাম্মোই হায়না রাহে শঙ্জিল্লকতুনা, তারী মমুনগী নম্মোই থম্বা হায়রিবানি। অরেপপগা, লেপতবগা নত্রগা, অপাম্বগা ফুংশিবগা অনিসি মমনা অমবু লাকচগদবগী তংতনা পানতুনা লৈরিবা পানানি। অরেপপা অত ফংনবা লমচং নায়না চংথরকইবা অদুগ, কায়াংশিংগী অপাম্বনা চিংতুনা থোকম থোকঅবা চংলিবা শাক্রং অদুগা অনিসি মুক্করকপদা; লৌশিংনা রায়েন তৌরকই। মাসিবু মোইরাং কংলেরোনদা, থম্বা, নোংবান থুম্বক থুনখা পানা কাংজে শানহল্লগা থোইবীনা রায়েন তৌবা ওয়না পুথোকই। লৌশিংনা অথোইবনি হায়তুনা লৌশিংবু থোক্তবী কৌবনি। মোইরাং কংলৈরেনেগী, থম্বা, নোংবান থুম্বক থুনখা পানা কাংজে শানবদিবু, করিনি হায়না হাংনডিবনো অমম্বুং ইরিংনো হায়বতু, মথক্কী থরদং নৈনরক্কীবা অসিদগা পাবি- রিবা ইবুঙো ইবেমাশিংনা থ বিররিনি। অম্বুম্বা রাথুনদা পুরকপা আসদা, কনাগুম্বা থরনা মকম্থিমক হেক থোকনা শাওবা য়াওই— 'শুক ফজত্রবা মোইরাংগী রারী অসিবু পানশিনবনি ( মেটাফর ) হায়রে। মাংহনদোরে। থোইবীনা লোয়কুম্বদা চৈঙ অকংবনা

থারম্বা ৱা হৌরি ; চয়োম থোক্তুনা চাবগী লূখাকলা অকংবনা থারম্বা লা তোরি ; লোয়কুম্বদা থোইবীনা পোৎথাবদা ফম্মম্বা মুং কুংতুনা লৈরি ; লোয়কারকপদা কুম্বীদা থোইবী, নোংবান ষম্মিননরিঙৈদা কৈ অমনা উঁঘি, মাহুদা থোইবীনা ইকাইহুনা— কৈ নং চৎথোকপা য়ারহু হায়না চৈবদগী হৌজিক ফাওবা তেৱা পাম্বীদা কৈ পক্তুনা লৈরি ; খম্বা, থোইবীনা শেংলম্বা ফীরোন হৌজিক ফাওবা লৈরি হায়হুনা মনাক নকউবা য়াদবা মীভা য়াওরি । শাওবীঘিন্নু ইবুঙো ইবেমাশিং পুন্নমক ! ৱারীহু ষাম্মা ক্বানরি, মাংঘিরোই । ৱারীহু লৈরমদ্রবদি মথক্তা নৈনত্রিবা পাওত্তাকশিং অসিস্নু থোরকঅমোই । ৱাখুন ৱপু তিন্নদবতনি । ৱারীহু শুরক্লবা ঐবু, ৱারী মাংহনদোরে হায়রবদি, অত্তাবা কনাশুম্বা অমনা কাংলম হুক্কে ( লোজিক থংদে ) হায়রকপা য়ায় । অচুম্ববু কনানস্নু মাংহনবা ঙম্মকত্রি, ঙম্মোই । খম্বা, থোইবীদি লাইগী শায়োনানি হায়রি । লাইনা শায়েন তৌরকপা হায়বসিমক্তবু মীওয়ববু ত্তাকশিগে তম্বীগে হায়হুনা শায়োন তৌরকপনি । মথক্তা নৈনত্রিবা অহু মীওয়বদা ত্তাকপিগে হায়বগী দমক, খম্বা, নোংবানগী খুম্নক খুনথাগী পানা কাংজে উংপনি । পানশিনবদা নাতৈ চপ চারবদি চুম্মনি । মোইরাং কংলৈরোনগী ৱাকম অসি, মোইরাংগী মরমদা ইবা নত্তবনা, মতাং নত্তে শাংধজররেই । থোংকাংজৈগা মরি লৈনবা মতাং খরদং পনদবা য়াদতুনা পনজরুবনি । থোংকাংজৈসি কাংলোনদি কয়া কুপত্তে, অতুগা ৱাখুনদি য়াম্মা ৱাঙি । কাংলোনদি— হনত্রে হুনবদগী; কাংজ্রম হেক্তা

তাম্মৈ, মপা মপা হেক্তা ফানৈ কাংজ্রম লোয়নজ্রবদি মপা নত্তবা ফানবা য়াদে ; কাংজ্রম লোয়নরিবা অহুবুদি মপা হায়বা লৈত্রে, অঙম্বা অমনা হেক্তা ফাবা য়ায় । কাংজ্রম লোয়নরিরা অৎনস্থ ভমজরবদি, ওনশিন ওনশিন পানদুনা লৈবাক কুমৈ ওয়হনবা য়ায় । কাংজ্রম লোয়নরিবা নিপা অদুগী মমাংদা চেনশিল্লবতুনা কাংবা ওয়ররিবা নিপা অমবু, কাংজ্রম পায়রিবা নিপা অতনা খুরাই য়ৈথেকপদা, কাংজ্রম য়ৈবদা শোকচঘিবনি হায়বা কাংলোম্না কনঘি । রাখুনদি— নিপা থোকনা হোৎনদনা মৈগী মশক ওয়রবা ফম্বীবু কোল্লবদি— পাঙ্গনদা লৌশিংদা মপা লৈত্রে হায়বা উৎপনি ।

—•—

## হীয়াংকুমৈ ।

হীয়াং কুমৈ হায়বসিস্থ মীতৈ ঈনাৎ অমনি । মতমগুগী মীতৈগী খুরাইদগী অচৌবা কুমৈদি হীয়াং কুমৈনি । মী য়ামনা তিনবদা হীয়াং কুমৈ ; ফিজেং তানবদা হীয়াং কুমৈ ; হীয়াং কুমৈ অসিদা মীতৈনা অশুক্কী মথৈ থৌরাই য়াওশিল্লি— অরুবা থবক অমা তৌরিডুদা, অরাইবা থবক অমা ফেনজিল্লকপবু "হীয়াং তান্নরিডুদা তুম্বাগী শেল থোঁবা" হায়না পাওরোৌবৈ । মী য়াম্না

তিনবগী হায়রবদ — " হীয়াং ফকাও উথিত্রি " হায়রবদি, মীতু লৈপাক অসিদা লৈতবগুম্না ফাও থন্নে । ফিজেং তানবদস্সু— কনাগুম্বা অমনা, শেংত্তোক চংথোরকপদা " হীয়াং কুমৈগুম্মে " হায়রবদি মীত্ত শেংপা কেবদা থমথেঙে । ম্রাহৈশিং অসি হৌজিক ফাওবা চংনরি ; হীয়াং কুমৈস্সু ত্তৌরি ; অংগা মসুংগী ম্রাখুন অত্তদি মাংত্রে । ম্রাখুন অত্তু নৈনসি— হীয়াং তাম্নবগী হীবু হীয়াং হীরেন কৌই । চুম্নগী শিজিন্নবা হীগা মশকস্সু মানদে । হীয়াং হীরেন-গীদি হীরুনা মাং থঙি; হীনাওনা তুং থঙি । হীরুদা চীংলাই মকোক পাল্লি, হীনাওদা হিংচাবী মকোক পাল্লি । অত্তুনদি তাম্নরিবা হীয়াং হীরেন অত্ত করিগুম্বা অমগী মশক লাক্লী (শারি) হায়বত্ত ত্তৌরিবা থবক অত্তনা ত্তাক্লী । মাত্তদি— হীয়াং হারেনাদি হকচাংগী মশকনি, চীংলাই মকোক পাল্লিবত্তুনা লেমফুনি; হিংচাবী মকোক পাল্লিবত্তনা নাওফমনি ; হী ত্তোঙিবনা পাথংবনি; হীনাও শারিবনা সম্নহীনি ; কায়াংশিংনা হীরোই ওয়ত্তুনা তাইবং ঈপাক লানগনি হায়বা ত্তাকপনি । লেমফুনা অচুম্বা সম্বীদা চীংত্তনা পুরকপদা, হিংচাবীগী মশক ওয়রবা অপাম্বগী পোকনভম নাওফম্না তুংদা য়াম্নরি হায়বত্ত হীনাওদা হিংচাবী মকোক পান্দুনা তাক-পনি । ম্রাথন লৌশিং পুম্নমকপু কোক 'লেমফুনা চীংশিল্লি; — ( চীংশিল্লিবা + লাই ) = চীংলাই মকোক পান্দুনা লেমফুবু তাক-পনি । চীংলাই হায়রিবা শা মরোং অসিমকস্সু তাইবংদা লৈবা শাগী মরোং নত্তে ; নোংশাদা মচী পানবা শা মরোং অমনি । "ড্রেগোন" ( মশাপানবা লীন ) হায়বগুম্বা অমনি । চীংলাইস্সু

মীতৈগী লেমফুনা পুথোকপা শা মরোং অমনি । অম্ভুম্না শাগৎলিবা — হাহোনবা, হৈতোংবা হীনাৎশাবা পুল্লবা হীয়াং হারেন আসিবু তান্নবা হায়রবদি— সন্নমহীগা, পাখংবগা অনি তান্নবনি। মতুদি —পাখংবদি থোৱাইগী মশকনি । থোৱাইদি মডানি— উবা, তাবা, নম্বা, শোকপা অমম্ভং মহাও মডা অসি থোৱাইনি। থোৱাই মডা অসিনা পুল্লগা পুকনিং হায়ব'মা চোংথোরকই । পুকনিংনা নিংঝংই ; নিংঝিভিবা অতুবু পাখংবা কৌই। সন্নমহীদি— থোৱাইগা লোয়নরিবা, থোৱাইবু থোরিবা, থোৱাই মডা মিগা থানা তরুক হায়রিবা মি অতুনি। অতুনদি সন্নমহী, পাখংবা অনিনা হীয়াং তান্নবা হায়রিবসি; থোৱাই, মি অনিনা হীগী মশক ওয়রবা হকচাং অসি তোংদুনা ভাইবং ঈচেল অসিদা হোল্লকই । থোৱাই মডানা পুকনিং শেম্মী; পুকনিংনা নিংঝিং; নিংঝংদগী রাথন পোক্লকই; রাথনদগী নাপল পোকই; নাপলনা, ভাইবং ঈপাক লোমদা হোঙ্গরকপবু পাখংবনা তোংবা হীগী মশকনি। ভাইবং পানবগী মপুনা, থোৱাই পানবা খুদিংমক্তা চংদুনা লৈরিবা অতুবু, লোয়নবা কৌই; মি কৌই; সন্নমহী কৌই । সন্নমহীদি অগংবনি, অথংবা অদুনা লাইরেবাক তম্না হোনগৎলকপবু, সন্নমহীনা তোংবা হীগী মশকনি । মতৌ অম্ভুম্না, হকচাং হী অসিবু কায়াৎশিংনা হীরোই ওয়দুনা হোল্লগা, পুকনিংনা হী তোংবা ওয়তুনা, হীনাও শাবা য়াওদনা, অপাম থোৱাংগী মুংশিংনা হুমতুনা ভাইবং ঈপাক্তা তাওথরকপা অমা; হায়রিবা হী অসিদা মপুং ফাবা লৌশিংনা হীনাও শাহুনা ভাইবং ঈপাক লান্নবা হোনগৎলকপা অমা অনিনি ।

অসিগুম্বা রাখুন ঈচেল অসিবু হীয়াং তান্নচনা নিংঝংবনি। অসিগুম্বা ফজত্রবা ঈচেল অসিবু শান্তদাস গোষাইনা, বিষ্ণুগা, নিংথৌগা হায়াং তান্নবা হায়না শেমজিলহল্লম্মী। মহাক্কী পুকচেল অতু তুংদা উনরক্লগা য়াম্না ফজররোই হায়চনা, মথক্কী নিংথৌরোন থরা হাইগৎতুনা কিয়াম্বা নিংথৌগী মচা কোইরেম্বা নিংথৌগী মহাকথক্কগী হীয়াং তান্নবা হৌই হায়না শেমজিলহন্দুনা মশা কল্লম্মী। মাদুনা মীতৈগী হীয়াং ঈনাৎ অসিনা পোক্লক্কপা চহি ৫০০ গী নাগজিক্তা ওয়হন্দুনা, য়াম্না নৌহল্লররি। নাসিগা লোয়-ননা মীতৈনা বিষ্ণু লাংলকপা চহি ৫০০ গী নাগজিক য়োরক্লে হায়না থাজগল্লরি। মাসি চুমদবনি। করিনা—পাথংবা শকোক কংলেরোনদা, উনিংথো কোরিবনা শাবা হীয়াং হীরেন তোংচনা, কোক্র লাইরেন শোরারেননা চিংবা লাইয়াম্না থাগী ঈপাক্তা লম শেম্বা লাকই। লাইয়াম্না হী-থাংঘিবা মফমবু হীয়াংথাং কৌই হায়না লৈ। মোইরাং কংলেরোন খুদিংমক্কম্সু লোক্তাক্তা হী তোংচনা চৎপগী রারী য়াওরিবা মক্তনি। লৈশা মতুংইন্না হায়রবস্তু ঈশিং য়াম্না ঈরাতনা লৈরম্বা, ঈশিং মরাং কায়বা মফম্নি। ঈশিং ঈরীতনা লৈবা মফমদা হী শিজিন্নবা মশানা তাবনি। অতনা মীতৈনা হী শিজিন্নরকপা য়াম্না কুইরে। হী লৈরবদা, হীয়াং তান্নরমদবা হৌনদে— কাফে কাফেদা চেনবা হৈরিবা অওাংশিং ফাও, কনানস্তু তাকউবা লৈতনা লমজেন তান্নরিবনি। হোই, কোইরেম্বা নিংথৌগী মহাকথক্তা মরোং অমা শেমদোকই হায়গে হায়রবদি য়ায়। মতু নত্তনা মহাকথক্কগী হীরাঙ্গৈদা হীয়াং তান্নবা হৌই হায়রবদি চুমদে।

মীতৈনা হীয়াঙ্গৈদা হীয়াং তান্নবা হৌরকপসিদি, নিংথৌরোন মমিং থাদ্রকপদা লাইদগী মী তারকপা, থোই নিংথৌগী অদুন্নাইদগীনি। সন্নমহীগা, পাখংবগা মথক্তা হায়খ্রিবা মরোং অতুদা, হীয়াং তান্নবা ওয়না পুথোকপত্ন; শাস্তদাসনা নিংথৌগা, বিষ্ণুগা তান্নবা ওয়না হায়হনখ্রিবসি, মন্নুংগী ঈচেলদি কায়খ্রি; মপানগী মমিং হোংঘিবতনি। নিংথৌবু মীতৈনা পাখংবগী শায়োননি, পাখংবনি হায়না চৎনরকই; অতুনা পাখংবনা হী তোংবদি কায়খ্রি। সন্নমহীগী মহুৎতা বিষ্ণুনা শিনঘিবা অসিদা, মন্নুংগী ঈচেলদি কায়খ্রবস্ন; মপানগী মমিংদি মীতৈনা শুকথং থংজরমদবা মমিং অমা ওনখ্রে। মপানগী মমিং অতু হেক ওনঘিবদা, মীতৈগী ঈনাৎ অসিবু মীতৌন্দগী তমজ তাংজবগুম্বা মনম অমা হেক ফাওরকই। মাসিনি ঐখোয়গী য়ম্না অমাংবা ওয়ন্নিবা। ঐখোয়গী লাইগী মমিং অতু হোংঘিবদা, ঐখোয়গী লাইতু লাইচম তারকই হায়রুবদা; নাকন অমদি ইহো হেক হোনা, সন্নমহীবু বিষ্ণু কৌবদা করি অমাংবা লৈবগে হায়না ইশিং হেক শিংনা খুম্মকই। অদু ওয়রবদি, গোবিন্দবু সন্নমহী কৌদুনা লমদাগী থাংজদা, শজিবু চৈন্নাওবদা, মথক্তা হায়খ্রবা য়ুরাংবগী মরোং অদুদা য়ুরাংজগে হায়রুরবদি সন্নমহীবু বিষ্ণু কৌবা য়ায় হায়রম্বা কাংবুদু মখা তাঘিদরে। মথক্তা খরদং নৈনখ্রিবা অসিদগী থংবা ওম্মে— পুকনিংগী অপাম্বনা চীংহুনা চৎলগা, অন্নাবা ঈপাক্তগী লাম্থোকপা ওমদে; লৌশিংনা চীংহুনা পুরগা অন্নাবা ঈপাক্তগী লাম্থোকই হায়বহু হীয়াং কুমৈনা উংলি। হীয়াঙ্গৈথাদা হীয়াং তান্নবদি লৌগী থবক থন্না শক্তিঙৈদা লৈবাক কুমৈ

তৌগৌবনি। মাসিনস্থু লৈবাক অসি লৌউবনা পাম্নকই হায়বা তাকই।

---

## ফুঙ্গা লাইরু।

ফুঙ্গা লাইরু লাংৎপা অসি মীতৈ ঈনাৎ অমনি। মীতৈনা য়ুম লীংলবদা যুম্না লাইরু লাংতবা লৈতে। মীওয়বনা শাগুম্না চীংমুং উনুংদা লৈরগা মৈ পুখোকতুনা মৈ শিজিন্নবা হৈরমদবদগী মৈ পুখোরকপগী ম্নারীহুবু মৈহোরোন কৌই। মাহু অংপোক লোনদা য়াওরি— য়েক অদুগী মৈদি মৈবানি, মৈয়েনি, মথাংনি হায়দুনা য়েক য়েক অদুগী মৈগী মশক নায়ম্নিবসি; য়েক য়েক অদুগী মপা মপু পুকোকশিং অহুনা মৈ পুথোকথিবগী ম্নারী নিং-ঝংবনি। পুক্নোকশিং অহুনা পুথোকঅমবা মৈপুথোক অহু চুম্না —মৈয়েনা মৈয়েদা, মৈবানা মৈবাদা, মৈ চৌগৎতুনা মৈ অহুবু হেক লাংৎপদা মপা মপু পুক্নোকশিং অহনা হেক পেল্লি; মপা মপু পুকোকশিং অদু লাংৎপগা চপনাবৈ হায়না মীতৈনা থজন-রকই। অসুম্না থাজনরকইবা অসি ইপং পংনা ননল য়াওরোইদবা অমদা থাজনরকপা নত্তে, য়াম্না চুম্না চৎথরকইবা অমনি। মপা মপুনা লাংলম্বা মৈ অহু লাংৎপদা, মপা মপু অহুমক লাংৎপগী

মহৈ ফংগদৌরিবনি— পুকোকশিং অতনা মরৌশিংদবু ওয়রে, নত্রে করিগুম্বা থোদোক অমদগীবু ওয়রে; মৈবানা, মৈয়েনা, হৌজিক ঐখোয়না কান্নরিবা মৈ অসি পুথোকখিবনি। ঈপা ঈপু পুকোকসিং অদুগীসু হৌজিক্তা ঐখোয়না মৈবু কান্নরিবা অসিগুম্বা কান্নব্রবনি। মহোয়না পুথোকচবা মৈনা, মহোয়দা হায়নিঙায় লৈতনা কান্নবা ফংলবা অতুদ; মৈবু মহোয়না মথ-রাইমক কুম্না লুনা নিংঘি। ঈপা ঈপু পুকোকশিং অদুগী মথ-রাই অচ মহোয়না পামজবা মৈ অতুদা চংঘি। অতুনা মাগী মাগী পুকোকসিং অতুনা লাৎলম্বা মৈ অতু কায়দনা; মাগী মা-গী ফুঙ্গা লাৎকদবনি। ঈপা ঈপু পুকোকশিং অতুনা মৈ কৌচ-দগী, মৈ মুংতনবা হোৎনবদগী য়ুম্লিংচুনা ফুঙ্গা নায়রকই। অ-সুম্না পুকোকশিং অতুনা য়ুম্লীংঙকপগী রারী অতুবু, পুথাংকোক পাথাংকোক হায়চুনা তৎখিবা নায়দনা মথং মথং ঐহাক ঐহাক্তী ঈপা ফাওবা চৎথরকইবা রারী অদুবু ফুঙ্গা রারী কৌই। য়ুম্লীং-ববু ফুঙ্গা পানবা কৌই। তোপনা ময়ুম অমা শাবিদনা মীনায় থম্বু মীনায় ফুঙ্গা পানবা কৌই।

য়িম্নুংদা মৈ য়োকফম্বু ফুঙ্গা কৌই। "ফুঙ্গা" রাহৈ অসি ফোঙ্গা হায়বনি; ফোঙ্গা = ফুঙ্গা রাহৈ অমতনি। রাহৈ অসি করি হায়রিবনো হায়বদু রাহৈ থুগাইদুনা য়েংসি ফোং+কা = ফোংকা=ফোংগানি। উরমদবদগী উরকপবু "ফোং" কৌই— কেকু লোৎপী শানবদা, কেকু হায়না লোৎখিবদু থিবদা ফংলগা ফোং ফোং হায়। ঙরাং তাত্রবা, উঘিত্রবা সুমিৎপু, ঙসি অহানবা

হেক উবদা নোং ফোং ভানবা কৌই। চাকখিত্রবা মশক উঘিত্রবা মৈবু, কাম্মগা হৌরকপবু মৈ ফোং হৌরকপা কৌই। অতুনা ব্লাহৈশিং অসিদগী খঙে— উরমদবদগী, উরকপবু ফোং কৌই। ( ফোং = উরে + কা = মৈরী কাবা )—ফোংকা = ফোঙ্গা = ফুঙ্গানি। ফোঙ্গা হৌবা মফমদা লাইরু লৈ; অতুনা পুন্না ফোঙ্গা লাইরু হায়নস্থ খংনৈ। অরুবা লাইবু লাইরু কৌই। মৈ চাক্লবদি, ঈশিং, মুংশিৎ, অনি লোয়নরি— চাক্লীবা মৈ অত্থবু মুংশিৎ চংদনবা থুমজিল্লবদি মৈত্থ মুংলি; অতুনদি মৈনা চাক্লীবসি মুংশিৎনি। মকং ফনা কংত্রবা শিং অত্থ মৈনা চাক্লগা মহি থোরকই অতুনদি মৈরীনা চাক্লীবসি মুংশিংনি। মৈতালবু মৈ থাবদা, মৈদি চাকই মৈরীদি থোক্তে, মৈতাল অমগা অমগগী মরক অহোবদা মুংশিৎ চংলগা মৈরী খজিক খরাক্তি থোকই; মাত্থমকনা মৈরী চাওনা কাখৎলকপদি ভমদে। অতুনদি মৈরী থোকনা চাক্লীবা মৈত্থদা ঈশিং, মুংশিৎ য়াওরি হায়বা খঙে। মৈ-ঈশিং-মুংশিৎ হায়বা অত্থম অসিদি, অত্থম অসিনা থৌরাই পানবগী থৌরাই হিংনরিবনি, লম্ব্রবা লাইনি হায়তুনা লাইরু কৌবনি। ফোঙ্গাদগী—মৈহৌবা, মৈচাকপা, মৈমুংপা অত্থম অসি থোকই। মাত্থবু—মভা, লুরাং, খুমন কৌবা লাইগী মশক লাকতুনা মুংত্থম অত্থম থিল্লি। ফোঙ্গা মুংত্থমবু হৌজিক্তি য়োংশবীনা শিল্লে; অত্থগা ফোঙ্গা মুংত্থম শাবা হায়বা ব্লাহৈ অতুদি শিজিন্নরি। ফোঙ্গাদা লাই লৈ, ফোঙ্গাদা কংলবদি লাইমক্লা চারবনি হায়তুনা ফোঙ্গাগী অচাকপা মৈদা চেং কংলি। ঈমুং অত্থগী অনা'য়েক য়াওরবস্থ, ফোঙ্গা মপানদি

অশেংবা মফমনি তিনমু লাইমু চংবা ঙমদে হায়দুনা ফোঙ্গা মপান্দা ফম থাদুনা লাইকয়ে। লম চংথোকউবদা করিগুম্বা তিনমু লাইমু ইম্নরক্লবস্তু, তিনমু লাইমু তাম্থোকনবা ফোঙ্গাদা মৈ ওক্লে। ফোঙ্গাদা চবাল থারগা লাইওকপা অনাবা হুল্লি। চাবা তুমদ্রবা, মৈ শোল্লবা মীনা ফোঙ্গাদা থরাং য়াইরগা চাবা তুম্মী। মুপীনা থাগী থোংকাপ কায়রগা, ফোঙ্গাদা থরাং য়াইরগা থোংকাপ চুম্মী। ফোঙ্গা মৈ মুংহন্দবা মুপীবু লনজেনবী কৌনৈ। ফোঙ্গাদি, য়ুমগী থোইদোনি মৈ মুংহৈদে হায়নৈ। শজিবুগী লাকয়েন মুমিং মঙানি ফোঙ্গা মৈ মুংহৈদে হায়নৈ। য়ুম শংগাবা মঙানি ফোঙ্গা মৈ মুংহৈদে হায়নৈ। অসুম্না, মীতৈগী কুম্বানবদা ফোঙ্গাগা লৈনরিবা মরী অমুক, অতোপপা কাংবু অমদা লৈবা উদে।

অসুম্না ওয়রিবা মীতৈগী "ফোঙ্গা লাইরু" মীতৈরোন শেংদ্রবা, মীতৈগী ৱারোম্থোক (ইটিমোলোজী) না চপচানা পুথোকইবা অসিবু। "পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মনা, "ভর্গদেব গুরুঃ" বু মীতৈগী লৈয়েংনা হায়দোরকপদা ফোঙ্গা লাইরু তারকপনি। মীতৈনা "ভ" বু "ফ" ওয়না হায়। ভ+র+গ= ভর্গবু মীতৈনা ফ+র+গ=ফর্গ=ফুঙ্গা তারকই। গুরুদগী 'রু' লৈহৌই, লাইদি মীতৈ লোন্নি, অতুনা লাইরু হায়বসি মীতৈ লোনগা বেদ মরোনগা তিন্নরবনি, ফুঙ্গা লাইরু হায়বসি বেদ মরোন্নি হায়রি"। মীতৈরোন্না থোকচবা ফোঙ্গা লাইরুবু বেদ মরোন্নি হায়জিল্লিবসি পণ্ডিত ওয়বগী-পংহায় হায়বা ভম্বনি; থংদ হৈতবনা ইারবা ভম্বা ৱাতা নত্তে। করিগুম্বা অমা পানশিল্লকপদা

চানদ্রগনা ইংথোক য়াম্হেকতুনা চাহল্লিগা অতবুদি; পানশিল্লকপদা চপ চপ চানা থোকঅরিবা অতনা অচুম্বা ওয়গনি । ভর্গগী "ভ" লৌথোক্লগা "ফ"না শিল্লগা ফর্গ ওয়হল্লে, গুরুগী "গু" থদংতুনা লাই শমজিল্লগা লাইরু তারকতুনা ফুঙ্গা লাইরুবু বেদ মরোন ওয়হনবসিদি ইংতুনা মনতুনা শেম্বা হায়বতনি । মথক্তা হায়জব্রবা মীতৈরোম্বা ফংবা ফুঙ্গা লাইরুগী ররোম্হোক অতদি মশানা চপ চপ চাবা, পোপ পোপ তাবা অচুম্বনি । ভর্গ হায়বসি, নুমিংকি মৈশা মভানবু হায়বনি ; নুমিংকি মৈশাদগী মৈ থোকই; মৈদি ফুঙ্গাদা হোই অতনা ফুঙ্গা হায়বসি বেদ মরোন্নি হায়না শেমজিল্লি । অত ওয়ববদি ইংরেজীনা "আই" হায়বতবু মীতৈনা "ঐ" হায়রিবসিনি । মাতৈ লোনদি অরুন অযাং ওয়না চংলি, ইংরেজীনা "আই" হায়বত্তবু মীতৈনা লুম্না "ঐ" হায়রিবনি । "ঐ" হায়বসি ইংরেজী মরোন্নি হাযরুবদা অভাংনাভাও য়ারোই । ফুঙ্গা লাইরুবু বেদ মরোম্ন হায়বস্তু অদুগুমনা থোকই ।

---

—১বা শরুক—

লোইরে ।

